# ফিদমনিংঙাই ৱারী

( অনিশুবা শরুক )



মতমগী মণ্ডাল, ইম্ফাল

( রেজিষ্টার নং ৮৭২ )

# ৱাহৌদোক

শ্রীকাংজম পদ্মকুমার সিংহনা সংস্থান অসিগী প্রেসিডেন্ট ওইরিঙৈদা (খৃ: ১৯৬৮) অচৌবা মীগী পুন্সিগী ৱারী নহারোল মেম্বরশিংদা পাহন্নিংবগী অমসুং নৈনহন্নিংবগী অকনবা মৈথৌ অমা পীখি। মেম্বরশিংসু অকবা ৱাফম অদু খুদক্তা য়াখি অমসুং লাইরিক কয়া চেন্দুনা পাবা হৌখি। মদু উবদা মহাক পেনখি অমসুং তেনতকপা মওংদা ৱারী অমমম ইনবা হায়খি। ময়াম্না মখোয়দা থুংবা চাকথুং মতুংইন্না ইরগা ঐখোয়গী প্রেসিডেন্টতা পীখি। নোংমদি মিটিং কমদুনা নম্নবগী ৱা পুথংলকখি; ঐখোয়গী পুক্লিং থৌগৎনিংবতনা লমজিং ওইদুনা অওাংগী পাঠ্য ওইনবা হায়খি। মসিদা ঐখোয়না উই মহাক্না ঐখোয়গী সংস্থানগী ফণ্ড লাককম নৈতবা অসিগীসু খল্লি। মহাক্না ইতৎ ততনা পল্লিবা 'শেল নৈতবা য়াদে'।

ৱারী কূপ্তা ইনবা শিনবনি, অদুগা ভোলুমসু খরা চাউনা ফোঙনবা লেপ্লে। অদুবু গোবর্ণমেন্টকী ক্লাস আইটকী সেল্যবস মতুংইন্না ফোলুম অনী থোক্লা নম্বা তাখি। করিগুম্বা লাইরিকসিগী মগুণ খরা নৈরম্বা থোক্নুনা ঐখোয়গী উদেশ্য অসি থুংলবদি সংস্থান অসিদা সরকারগী অচৌবা মতেং অমদি ফংহনবিরে খঙগনি।

জেনেরেল সেক্রেটারী—
গুরুঅরিবম প্রেমকুমার শর্ম্মা
মতমগী মণ্ডাল, ইম্ফাল

ইম্ফাল,
তাং ১।৬।৬৯ ইং

# য়াওফম তাকপা

— খুদোল তমজবা —

মণিপুৰী সাহিত্যবু য়োকখৎপীরম্বা

লৈখিদ্রবা শ্রীখ্বাইরাকপম ৺চাওবা সিংহদা

# ফিদমনিংঙাই ৱারী

( অনিশুবা শরুক )

## মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র

—থাংজম ভোগেন্দ্রজিৎ সিংহ

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র মণিপুরগী ফিদম-নিংঙাই ওইবা নিংথৌনি। মণিপুরগী ইতিহাসত নত্তনা আসামগী ইতিহাসতসু সনাগী ময়েক্ক ইরি। মাবু ইজাতি অমসুং বিজাতি মচাশিংনা লাইপোক্লি হায়না লৌনরি।



মহাক্কী ৱারী অমসুং খুদমশিং অসি উরগা কনা অমত্তনা মহাকপু অচম্বা নিংথৌনি হায়বা ঙমদে।

১৭৬০ ইংদা ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরগী নিংথৌ ওই। চহি খরা লৈরবা মতুংদা মোইরাংগী নিংথৌ খেলৈ-নুংনাং তেলহৈ-বনা লম নিব লাকখি। মতম অহুদা মহারাজনা য়েতুম মতোন্দ পকপা লৈবাক মরিক অমা ফাওবা পীরোই হায়না খুমথি। মসিদা শাওরহুনা ১৭৬৫ ইংদা খেলৈ নুংনাং তেলহৈবনা অরাগী মতেং লৌহুনা ভাগ্যচন্দ্রগী মথক্তা লান্দারকখি। লানফম অসিদা মাইথিবা ফংলহুনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র মণিপুর থাদোক্তুনা চেনখি। কোহিমাগী চীং লম্বী ফওরকপদা মফম অহুদা লৈরম্বা চীং-মী

শিংনা য়েক্ষবনি হায়না চিংনবদগী থরায় লোগে তৌখি। মতম অদুদা মহারাজনা তশেং-তশেংনা য়েক্ষবনা মরৈবাক মুলহৌবদগী কাছাড় তাগ লাকপনি থুমখি। অদুবু মৈতৈ নিংথৌনি থাজদবদগী অওম্ব চীং-মাই অমদা পুখত্তুনা, নুংপাক অমগী মথক্তা তা খোশাও অদুগা নুংত্থুগী মথক্তা খোঙ্গুল তারবদি অশেংবা মৈতৈ নিংথৌনি থাদগনি হায়খি। কর্ত্তা মহারাজনা মখোয়না হায়বা মতুং ইন্না নুংপাক অত্থুগী মথক্তা কাখত্তুনা খৌশাবা হৌরকপদা, নুং অদু পেখোরক্তুনা স্মাখোঙ্গুল তশেং-তশেং তাখি। চীং-মী পুন্নমক মৈতৈ নিংথৌনি হায়বা থাজরত্থুনা মহারাজবু অওকপগা লোয়ননা থাদোকখি। কাছাড়দা মতম খরদং পল্লম্লগা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরগী নাক্তা লেঙশিনখি। মরুপ অমনি হায়না কর্ত্তা মহারাজবু তরাম তরাম কৌশিন্দুনা চংজফম পীখি। মতুদগী ইকুই-কুইদনা খেলৈ-নুংনাং তেলহৈবগী খুজিন্দগী অরা-নিংথৌনা ভাগ্যচন্দ্রবু হাৎননবা নমথাক তৌবা চিঠি অমা স্বর্গদেবগী মফমদা থারকখি। চিঠি অদু হেক ফংবগা তেখাওগী মন্ত্রি ময়াম তানত্থুনা মণিপুর নিংথৌগী মরায়বক চাং য়েংজরসনু খন্নরে। মতুদগী স্বর্গদেবনা মৈতৈ নিংথৌবু অওাওবা শামু ফাননবা য়াথং পীখি। পাও অসি তাবদা কর্ত্তা রাজ জ্ঞান মাংবগা লোয়ননা তুমিননা ফমত্থুনা লৈখি। থরায় হিংননবা চংজরুববু শিননবা তারব্রা হায়না শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোয় মুংদা চেংনা কোল্লত্থুনা হিক্লা-হিক্লা কপ্লম্মী।

হয়েংদি শামু ফারগনি হায়বা মুমিংকী অহিং অদু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ অরাবগী ওমখৈ লৈখিদ্রে। মরৈবাক মণিপুরবু য়েক্লবগী মখুত্তগী কনবা ওমদনা থরায় থারগদ্রা খন্দুনা খোঞ্জল থোক্লা হিক হিক কপলম্মী। উপাই লৈরক্তুবদা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু হন্না হন্না কৌরত্থুনা, মিৎলুদগী শিম্মরকপা পিনা মাইথোং পুম্বা চোংলত্থুনা তপ্পা-তপ্পা চেপথখি। মনাইগী অরাবা কোকপিরগে খল্লত্থুনা মহারাজগী মঙদা শ্রীকৃষ্ণনা সনা ফিগে ধোনবা, কোকথক্তা চুরা লৈতেংলবা, খুত্তা বাঁশী পায়বা ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি

অদুমক লেপলদুনা দর্শন পীবিবগা লোয়ননা থম্মোয়গী মুংশিবা য়াহৈ কয়া অসুম্না তাকপীরম্মী,—"হে ভক্তরাজ, করিসু রাগমু, ঐ নংগী নাক্তা লেংদনা লৈরি। ঐনা নংগী নত্তেং শোয়দনা পাংগনি অদুগা নংনা হয়েং মণিপুরদা নিংথৌ খুডম হজিন্দুনা পাল্লবা মতমদা ঐবু কাউগনু। ঐ কাইনা চীংদা থৈবোং পাম্বী ওইনা হৌরমগে, অদু য়ান্দুনা ঐগী মূর্ত্তি অসিগা চপ মান্নবা মূর্ত্তি অমা নিরূপণ তৌ, ঐবু কাউগনু।" য়াহৈশিং অসি তাকপিরম্নগা পুক্নিং হুনা নিংথিরবা মূর্ত্তি অদু মাঙ-থোকখিরম্মী। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মঙ-ওই হা-ওই মীকপ খঙথাক থোক্লক্লুনা কোয়য়েং য়েংলম্মী। অদুবু মবুংঙো কৃষ্ণনা মমাংদা লেপ্লমম্রবদা, নিংথিরবা মূর্ত্তি, গুক্কাৎলবা শকফম অদু নীংশিংলদুনা অহিং নোংশোয়বা তুমদনা, য়াখল তৌদুনা নোংঙানবা ঙাইখি।

নোংঙাল্লে! মৈতৈ নিংথৌগী লাইবক চাংয়েংনবগী অরুবা তাঙ্গা অদু য়ৌরক্লে। শিবা চংবগী খতা ফাকতোক্লুনা নোংপোক থংবা মণিপুর গিড়িদগী মুমিৎনা তঙাং তঙাং থোরক্লে। মহারাজসু তৌগদবা পূম্নমক লোইরদুনা মবুংঙো কৃষ্ণবু থম্মোয় মুংদা চেৎনা কোল্লদুনা, কাঙহায় চামর থৌগল তৌরদুনা তপ্পা তপ্পা লেঙথোরক্লে। মশিং লাকঙমম্রবা তেখাও প্রজাশিংনা কোয়শিল্লিবা, চেৎনা খারবা পল্লোন অদুগী মমুংদা হেক চংশিনখিদগা মথক্তা শেম্বাং পাইবা য়াম্রবা, মচুম তারবা অঙাওবা শামু অদু মমাই হাইগংত্তুনা, পৃথি থক্-থক্ নিক্না খোংলদুনা চেনশিনখি। প্রজা পূম্নমক "পাম্মুইদা মৈতৈ নিংথৌ শিবা তারেদো" হায়না ইনিল নিম্নখি। তাঙ্গা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা মাং থারদুনা মপু-মনাই শামু তম্না লেঙশিনখি। শ্রীকৃষ্ণ উবদা ময়াদা কোঙ্গোল ত্রি-ত্রি কারবা, অউবা মখৈ হাৎলগে হায়না চেনশিল্লকপা ময়াই কারবা শামু অদু হুইনা অরানবা থবক তৌগে তৌবদা মপু উরদুনা মানা থেকথদুনা মমৈ ফেং-ফেং হায়রদুনা কুম্থখিবগুম মৈতৈ নিংথৌগী ম্না নাক্তা ইতে তেনা কুম্থর্দে। মবুংঙো কৃষ্ণগী থৌগল তৌরদুনা ভাগ্যচন্দ্র

মহারাজ শামু মথক্তা লেঙখৎখি। তেখাও প্রজা পূন্নমক শ্রীকৃষ্ণগী উদবনা মৈতৈ নিংথৌনা ভয় ওইরে হায়না ইনিল-নিনখি। অতুদগী মহারাজগী মিং জয়সিংহ হায়নসু খঙ্নখি। অসিগুম্বা অঙকপা থবক অসিদা পেল্লহুনা স্বর্গদেবনা, অরাগা লাম্হেংনবদা চংগদবা, খুন্ত-খুৎলাই, লাম্মীনচিংবা লোইনা মতেং পাংগনি হায়খি।

মরৈবাক মুংশিবনা ঙাইহাক্তা লৈতানা লৈবা ঙমদ্রবা মহারাজনা তায় লৈহৌরবা মৈতৈ প্রজাশিংবু অমসুং য়েক্লবনা ফাহৌরবা মুংশিরবা মজাইবুংঙো লাবণ্যচন্দ্র অমসুং মধুচন্দ্র অনিবু নিংশিংহুনা থৌনাগী অনৌবা ময়োল চোংলক্লম্মী। মুংশিরবা মাগী প্রজাশিংগী থম্মোয়দা করি খল্লী, করম তৌনা হিংলিবগে য়েংগে হায়হুনা অরোনবা চীং-মীগী ফিজেৎ শেত্তুনা, লাইমতোন ফৌরংবগী চীংলক লাম্থোরকতুনা খোবুম খুল য়ৌরক্লম্মী। চীংদা লমশাং চৎলকপগী অরাম খোরাংবনা খাংবা ঙম-দ্রহুনা খুল অহুদা চেং খরাদং নিগে হায়না চংলুবদা কনা অমত্তুনা পীরকত্রে। মহুদা শাওরহুনা খুল অসিদা থাবা ফৌ পাম্বী অমত্তা মহৈ মুনবা ঙমদবা ওইরসনু, হায়না শাপ তৌখি। মসিগী থরায় মুংঙাইতনা চংশিল্লকপনা মুংজাইবান কবোকচাইবী য়ৌরকপদা, নিংথৌ খুভম হনজিনবা ঙম্নি-ঙাম্নায় হায়বগী তশেংবা খুদম য়েংলগে খন্দুনা নুংপাক অমাগী মথক্তা কাখৎতুনা তাখৌশারম্মী। অহুদা নুংপাক অহুগী মথক্তা খোশারোলগী খোঙ্গুল তশেং তশেং তাখি। মহারাজনা অনৌবা আশাগা লোয়ননা লমাংদোং তম্না কুমথরক্লম্মী। মতম খরা লোননা-লোননা প্রজাশিংগী থম্মোয় খঙদোক্লবা মতুংদা নিংথৌখোংদা মহাক্কী অচাইবা প্রজাশিংবু খোমজিল্লম্মগা তেখাও নিংথৌগী নাকতা হন্নখি। মফম অহুদগী তেখাও লাম্মী ময়াম পুরহুনা মণিপুর তম্পাক কুম্নকখি। মতম অহুদা খেলৈ নুংনাং তেলহৈবনা অরাদা লোইপোৎ কারহুনা পাল্লম্মী। ১৭৬৯ ইং দা অরাশিংবু মপুং ফানা মাইথিবা পীখি অমসুং

খেলৈ-নুংনাং তেলহৈবস্তু লানফমদা থল্লায় থাখি। মহারাজনা তেথাও নিংথৌ স্বর্গদেবরাজেশ্বরদা ময়াম্বুং ইবুংঙো গৌরশ্যামগী মচা মুপী কুরঙ্গ-নয়ণীবু থাজন্নুনা মুংশিনবগী 'মরি চেৎশিনহনখি।

নোংমা ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরদা নিংথৌ খুত্তম হল্লিন্দুনা পাল্লবদা, মতম কুইনা কাওথোকলুরবা তেথাওদা লৈরিঙৈদা তাকপীখিবা মৃত্তি লিংখৎপগী রা অহু মহারাজগী মঙদা নিংশিংবিরম্মী। কাইনাদগী থৈবোং পাম্বী য়াল্লগা ১৭৭৬ ইং হিয়াংগেগী ১২ নি পানবা ইরাই মুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌরে। শ্রীগোবিন্দনা মন্দিরদা লেঙশিনবা মুমিং অসিদা মজা ইবেম্মা বিম্বাবতী দেবীনা রামেশ্বরীগী শত্তম লৌহুনা পৃথি থুংনা ফাওরিবা মণিপুর রাস শান্নমা হৌখি।

মহারাজ অশোকনা বৌধ ধর্ম্মদা পুন্সি কথোকখিবগুম ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুন্সি কথোকখি। ঙসি মণিপুরী সভ্যতানা পৃথিবীগী সভ্যতা পুম্নমকতগী তোঙানবা ফজরবা সভ্যতা অমা ওইনা উবা ফংলিবা অসি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী হাতঙগীনি।

১৭৯৮ ইংদা মজা ইবুংঙো লাবণ্যচন্দ্রদা নিংথৌ খুত্তম শিন্নরমলগা তীর্থ কোয়বা লেঙশিনখি। মতম থরা তীর্থ কোয়না চৎলুরবা মতুংদা বাংলা লৈবাক্কী মনুংচনবা মুর্শিদাবাদ জিলাগী জিয়াগঞ্জ হায়বা মফম অহুদা অরোয়বা পুন্সিগী য়াহিপ তানখি। লৈন্নুংদা ফুমহুনা লৈরম্বা নরোত্তম ঠাকুরগী অহানবা লাংখিবা সংস্কারগী পোৎলাং শীং অহুনা মহারাজগী মমা হকচাং সংস্কার তৌখি॥

# রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

শ্রীগুরু অরিবম প্রেমকুমার শর্ম্মা

সংসারগী নিল-খোংলবা ইরাও-খোললক্তা মক্কম ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা কলিকতাগী ফাওরবা ব্রাহ্মন শাগৈ অমদা ১৮৬২ইংদা অঙাং অমা পোকখি। পীথোরক্লবা মগুম্মা পৃথিবী শিনবা খুংনা ফাজিনবা ঙমদ্রবা মঙালগা লোয়মনা ফাওখি। ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদা পোক্তু নহ অকে-অমৌগী রাখল চংদনা পিশক পীকলিডৈদগী হৌনা কল্লনাগী ঈরোন-মুংদা লুপ্তুনা প্রকৃতিগী নিংথিবশিংবু শিংথারকই। অশংবা অতিয়াদা প্পায়ক্লিবা উচেক-রাম্না অমদি লৈচিন-নোংফাই উরগা মহাক্কী থম্মোয়দা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙায়বা পোকখি। অঙাং অসি অতৈ কনাসু নত্তে, পৃথিবী শিনবা থুংনা ফাওব্রবা বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনি। মহাকপু পোকপা মপা দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর অচুম্বা ঙাংবা অমসুং ধর্ম্ম লৈবগী-দমকতা মহর্ষি হায়বা মিংথোল অসি ফংই, অহুগা দেবেন্দ্রনাথকী মপা ইবুংঙো দ্বারকানাথসু লন থুম্ন লৈবগীদমক ব্রিটিশ সরকারনা মহাকপু 'প্রিন্স' হায়বা মিংথোল অসি ফংই।



মহাক অসি বেঙ্গলদা হিন্দুগী সভা অমা য়াওননবগীদমক কনৌজদগী লাকপদগী মক্কম অসিদা অল্লুম লৈশ্রবনি।

রবীন্দ্রনাথ স্কুল চংতুনা নিংথিনা লাইরিক তমখিদে। অহুবু মতোমতা হোংনজমম্না য়াম্না নিংথিনা ইংলিস, বংলা অমসুং সংস্কৃতনচিংবা

হৈখি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা ময়াম্বশিংনা স্কুল চৎপা উরগা মহাকস্থু চৎকে হায়হুনা মমাদা তকনৈ। ময়াম্বশিংনা স্কুল চৎলুগ্রগা লম্বীদা উরকপা ময়ামগী য়ারী শান্নবা তারগা মহাকন্থু চৎনিংবনা খাংবা ওম্লক্তে। অদুবু মপানদি মহাকপু অঙাং ওইমল্লি হায়হুনা স্কুল চৎহল্লমদে। ময়ুমদা তোঙান্না ওঝা অমা থমহুনা লাইরিক তমহল্লম্মী। মহাকনা পীকলিঙৈদা অসুম্না তমখিবা লাইরিকশিং অদু অমুক হন্না মহাককী পুন্সিদা নিংশিংখিদে। তৌইগুম্বসুং ময়াম অদুগী মরক্তা মহাকনা পুন্সিচুপ্না কাওখিদবা হায়ববু বেঙ্গলী অঙাংশিংনা তম্বা মপী লাইরিক্তা থেংনখিবা "নোংনা তপ তপ তারকপদা, উনাশিংনা মরেং মরেং চৎলি" হায়বা অসিতনি।

পীকলিঙৈদগী হৌনা রবীন্দ্রনাথ মনিং মখা তম্বা পাম্বা মুপানি। মপানা মহাকপু স্কুলদা মিং চনবীহুনা কাহল্লবা মতমদদি মহাক অমুক হন্না স্কুল কানিংবা পোকখিদ্রে। মহাকী স্কুলগী পুন্সিদা মহৌশাগী ওইবা থম্মোয়বু চিংশিনবা ঙমখিদে। ফল্লাং মরিনা কোয়না খাজিনবা স্কুল কাদা লাইরিক তম্বা অদু মহাকী থম্মোয়দা পেনবা লৈখিদে। মহাকী য়াখলদি মতম পুম্নমক্তা অহাংবা মালংদা উচেক-য়ায়ানা কোয়পাই পায়হুনা শান্নবগুম মহাকস্থু মনিং তৌনা লৈনিংই অমসুং মনিংতৌনা লাইরিক তমনিংই। ফা অপুম্নবা মওংদা পারা ফাদ্রগা চৈয়াক পীহুনা কিহনবা অসি মহাক পান্নমদে। মহাকতি মতম পুম্নমক্তা মুংঙাইবা য়াখলদা তাঙহনা লৈ। মসিমক্তনা স্কুলদা মহাকী য়াখল অদুগা চান্নদবনা অমুক হন্না স্কুল কানিংখিদে। ইকোয় কোয়না খাজিনবা কা অদুদা লৈরগা খর ফুন্দুনা শিগদবোই নিংই। মহাকী আশাদি জীব পুম্নমক মনিং তমগনবনি। মানা মানা পাম্বা মওংদা মনিং থুংনবা তৌজবনা মীশক অদুগী মুংঙায়জবনি। মরম অসিনা মহাকনা স্কুলদা অমুক চৎপা পামখিদবনি। অদুগা মহাক ভশেংনা লাইরিক তমনিংখিগ্রবরা হায়বদি নত্তে। মহাক স্কুলদা চত্তুনা লাইরিক তমজ্রবসু

মযুমদা ফমত্তুনা ফাওর ফাওরবা লাইরিক কয়ামরুম মশিং থিবা ওমদ-যমথৈ পী৷কলিঙৈদা পাখি। মহাক্না পাঞ্জিবশিং অদু সেক্সপিয়ার, শেলীনচিংবনা ছবা ইংরেজী লাইরিক কয়াস্থ য়াওখি। মহাক্না পাখিবা লাইরিকশিংগী মন্নুংদা মহাক্না খ্বাইদগী থয়াই তাজখিবদি কৃত্তিবাসকী রামায়ণনি। পী৷কলিঙৈদগী সাহিত্যগী মরমদা নৈনরকপদ নত্তনা পুং, ঈশৈ, জগোয়নচিংবা হিরমশিংদস্থ তম্লকই। মহাক্না পীকলিঙৈদা মুমিং খুদিংগী ঈশৈ শকলম্মী, শৈরেং থিত্নুনা শাম্নরম্মী অমস্থুং জগোয় শারম্মী।

পীশক পী৷কলিঙৈদগী হৌনা মপানা রবীন্দ্রনাথ লম য়াম্না কোয়বা পুরম্মী। মহাক্না লম কোয়বা চৎপদা উরকপা লম লমগী নিংথীরবা প্রকৃতিগী দৃশ্য কয়া উরুরগা মাগী পীক্লবা থম্মোয়দা চংখিত্নুনা কল্পনা ঈথক্ল হৌরকই। অহানবা ওইনা মখোয়না বোলপুরদা লাকখি। লম্বীদা মখোয়না লাকপদা উরকপা লবুককী অশং অমান, সহরগী নিন-খোংবা, লম্বীদা চেল্লিবা বসনচিংবা কয়া উকরগা মহাককী রাখলদা ইনৌ নৌবা মঙাল অমা ফাওরকই। মতম খরা মখোয়না বোলপুরদা লৈরম্লগা অমুক আমিতসরগীদমক্তা খোংশাল্লকলে। মফম অদু স্নৌরক-পদা রবীন্দ্রনাথনা থেংনখিবা শিখশিংগী সনাগী লাইশং উরুবদা মহাককী থম্মোয়দা অঙকপা অমা ফাওখি। রাখলগী নুংঙায়বা মঙ্ কয়ানা লোয়ব্না নাইদনা চংশ্লি। মফম অদুদা লৈরিঙৈদা অয়ুক খুদিংগী মপানা মহাকপু গুরুদ্বারদা পুত্নুনা শিখশিংগী লাইশোল ঈশৈ তাহল্লি। ঈশৈশিং অদু তারুবদা মাগী থম্মোয়দা য়েক্তুনা লৈখি অমস্থুং মহাকস্থ ঈশৈশিং অদু ফাননবা হোৎনখি। অদুগা মাগী পুন্সিস্থ ঈশৈগী মায়গৈদস্থ খোং থাংজিল্লকই। আমিতসরদা লৈরিঙৈদা মহাককী পাল-নবগীদমক্তা লাইরিক কয়ামরুম পীরম্মী, মখোয়শিং অদুগী মন্নুংদা গিবোন্না ইবা "রোম" হায়বা লাইরিক অদুস্থ য়াওরম্মী। লাইরিক অসি মহাক্না পারকপা খাইনগী সভ্যতাগী মঙাল অমস্থ মাগী পীক্লবা থম্মোয় মন্নুংদা

ফাওরকই। অদুগা মহাক্না আর্মিতসরদা লৈরিঙৈদা অঙাং অমা ওইনা মানা খনখি—"ঐনা করিগুম্বা লাইরিক অনা পাবদা কনাগীস্থু মতেং য়াওদনা পাবা ঙম্মী, অদুগা তৌবস্থু মী অমা ওইনা করিগীদমক্তা ঐনা পাবা ঙমলোয়দৌরিবনো ?" তশেংবস্থু মহাক্না খল্লিবা ৱাখল অসে মঙোন্দা থোকখি। মহাক কনাগীস্থু মতেং লৌহূনা নিংখিনা পাবা খোংপা তৌখিদে। মতম পুম্নমক্তা মতোমতা হোংনজখি। অসিগুম্বা মীগী মতেং য়াওদনা হোংনবা ঙম্বগী শক্তি মঙোন্দা লৈরকপনা স্কুল নিংখিনা কাহূনা লাইরিক তম্নকত্রবস্থু পৃথিবী শিনবা থুংনা কাওখ্রিবনি।

মতম খরা আর্নিতসরদা মখোয় লেরম্লগা এপ্রিলগী লোয়রকপা অতুরায়দা হিমালয় চীংশাংলোমদা অমুক লাকলে। মফম অদু য়ৌরকপদা হিমালয় চীংশাংদা ঙৌরোক-ঙৌবা উম্না কুপশিললিবা অদু উরুরে হায়রগা অমুক্তা হেম্না মাগী থম্মোয়দা শুক্ষংপগী চাং হেনগংখি। মতম খরা মপা মচা লম কোয়রুরবা মতুংদা মসুমদা অমুক লাক্লে। হন্দক্তি ৱবীন্দ্রনা লম কোয়রুবা অসিদি মহাক্কী পুন্সিগী ওইনা স্কুলদা মহৈ তম্বা চংপগী অৱায়বা মতম ওইখ্রে। অদুগা অমরোমদনা পাকলিবা মাগী থম্মোয়দা প্রকৃতিগী তালনা চিকখিহুনা থিংবা ঙমত্রবা ঈচেলগুম্না কম্ননাগী শৈরোল কয়া হাপ্তুনা ইশৈ, শৈরেং ইবা হৌরক্লে। নোংমফাদোক গঙ্গা তুরেলগী মপান্দা থোরকপদা ঈচেল তপ্পবী তুরেলগী লাইজথক্তা মালংগী শহুমনা য়ৈবদা ঈথক্লা জগোয় শাবা অদু উরুরগা মহাক্কী থম্মোয়দস্থু তনিক তানিক্লকই। অসিগুম্বা প্রকৃতিগী দৃশ্য উরগা পীক্লবা মাগী থম্মোয়দা চংখিহুনা শৈরেং, ইশৈনচিংবা চহি ৮ দা ঙাইরিঙৈদগী থিংবা ঙমদনা ইথখরে। ৱবীদি মশাদা ইবগী শক্তি অসি পীথোরক্লবনি।

ৱবীন্দ্রনাথ তশেংনা মশক নাইবা কবিনি। মখোক্কী পীথোরকলবনি। করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা তুকচকতুনাই চন্দুনা লৈতে।

কৈদৌঙৈদসু মহাক্কী থম্মোয়না মকুওইবা থবকনি খনবা অহ্রদদি হায়দোক-তৌথোরকপদা কনাবুসু মহাক্না কিবা লৈতে। তশেংনমক রবীবু পৃথিবী পুম্নমক্না মশক খঙনখিবদি মহাক্না ইরম্বা "গীতাঞ্জলী" ননি। গীতাঞ্জলী ইশৈ শৈরেংনি। লাইরিক অসিদা কল্পনাগী মচাক কয়া অমদি মীওইবগী থৌদাং কয়া তাকলি। লাইরিক অসি পারুবা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা মশাগী ওইজবা মঙাল অমমম ফাওরকই। অহান-বদা লাইরিক অসি বাংলাদা ইবনি। মহাক মশামক্না মসিবু ইংরেজীদা হন্দোকখি। ইংরেজীদা হন্দোক্লবা রবীন্দ্রনাথকী "গীতাঞ্জলী" পাবদা পেনশ্রহুনা সুইডেনগী "একাডমি ওফ সাইন্সেসনা" মহাকপু নোবেল প্রাইজ পীখি। মতুং খরা লৈরগা বিলাতকী নিংথৌনসু পেল্লহুনা মহাকপু "নাইট" হায়বা মিংথোল অসি পীখি।

পীকলিঙৈ মতমদা মহাক্না মহৈ তম্বা চৎপদা ঐকোয় কোয়শিনবা মফম অমদা লাইরিক তম্বা অহ্র খল্লুবগা মহাক্কী থম্মোয়দা, স্কুল অমা লিংখৎলগা অনৌবা মওংদা নৌরিবা অঙাংশিংবু মহৈ তম্বীগে হায়না খনখি।

মহাক্না ব্রাখল অসি খল্লকপগা মতম ইকুই কুইদনা স্কুল শাবদা মফম চাগদবা লম থিবা হৌরকই। অহ্রবু মাগী মপুক্লিংনা খোয়দাবা লম থিবা ফংখিদে। মহাক্কী মপা দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ১৮৬৩ ইংদা লৈথিবা বিরভুম জিলাগী মনুং চনবা বোলপুর হায়বা লম অহ্রদা মপাদগী নিরহুনা স্কুল শারে। হায়রিবা লম অসি কলিকতাদগী মাইল ১০০ রোম লাপ্পী। মহাক্না অনৌবা লম অসিবু "শান্তিনি-কেতন" হায়না থোল্ল। মফম অসি ঈশ্বরনা পীরবা। অইংবা মফম অমনি হায়না মহাক্না খনখি। মহাক্না অহানবা ওইনা স্কুল মচা অমা শারে; নিংথিরবা লৈকোল মচা অমসু শেমলে, লাইশঙ অমনে অমসুং লাইরিকশঙ অমনে শারে। মফম অসি মহাকা পুম্না ছাত্র ১০ খক্না লোয়নমা লৈহুনা মখোয়বু মহৈ তম্বী তম্বীহুনা অনৌয়া পুন্সি অমা

অমুক লেনবা হৌরক্ললে। মফম অসিদা মহাক্না অঙাংশিং অসিদু লাইরিক তম্বীবতা নত্তনা, পুং, জগোয়, ইশৈ, মৌউ-শিংডবা অমদি খুৎশাহৈবনচিংবা হীরম কয়ামরুম তম্মীবা হৌরকই। মহাক্না লৈরিংডেদা স্কুল অসি নোংমা নোংমগী ছাত্র মশিং অরুম অরুম হেনগৎলকই। মহাক্কী লাইরিক প্রতম্মীদি ইথা থাজিনবা মফমদা তমহনা লৈতে। হাংলবা মালংদা, ইংলবা উখা-রাখা চংহনা নিংথিরবা প্রকৃতিগী দৃশ্য কয়া য়েংহন্দুনা অঙাংশিংবু মহৈ তম্বী।

ওসি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লিংখৎলম্বা শান্তিনিকেতন অসে পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদগী ছাত্র লাক্লুনা তম্লরে। বিশ্বভারতী বিশ্ববিদ্যালয় হায়না পৃথিবী শিনবা থুংনা ফাওরি।"

'রবীন্দ্রনাথকী পুন্সিদি মচু শংলবা ইশৈগী শ্রাংলবা পুন্সিনি। মহাক্না শৈরেং লিশিং অমা হেন্না, ইশৈ লিশিং অনি, রারীমচা মরিফুতারা, নাটক কয়া অমদি উপন্যাস কয়ামরুম ইরম্মী। মহাক্না ইরম্বশিং অসিনা মশাগীতা ওইবা চাউরবা লাইব্রেরী অমা ঐখোয়দা পীরম্মী।'

রবীন্দ্রনাথকী থম্মোয়দা ঈশ্বরগী মগুণ ফাওরকপা মতমদা অম্মুনা, খল্লি— ঈশ্বরনা মাবু তাইবংপানবু মুংশিয় হায়না য়াথং পীরি।

অমুকস্ন কবিনা হায়রম্মী— "থম্মোয়বু মুংশিবগী নত্রবদি করিগী নংনা নিলহল্লি অয়ুক্কী অতিয়াবু। করিগী ওক্লবা থরানমিচাক্না অতিয়াদা থোকলিবা ........."

"তশেংনা কবিগী পুন্সিবু মমুং মপান ফাওনা খঙবা ঙমদে। করিগুম্বা মমুং মপাল ফাওনা মাগী পুন্সিবু খঙলগা কবিবু সম্মান উৎপা ঙম্বনি। করি মশামক্না হায়খি— "নংনা করিগুম্বা কবিবু শক খঙগে নীংলবদি মহাক্কী পুন্সি— ইতিহাস রাংমা লাম্না য়েংবা তাই...!"

'রবীন্দ্রনাথপু অশেংবা খঙনবা হোৎনবা অরায়বা নত্তে। মহাক্কী

মশক মানবা রাহৈ তুম্বিনা য়েকপা মখৈদি খঙবা ঙম্বা য়াই অদুবু মহাক্কী পুন্সিবু ফোংদোকপদি অকবা থবক অমনি।'

রবীন্দ্রনাথ অসি মচিন মনাও তরামঙাগী মন্নুংদা তবামবিশুবনি। মহাক্না পীকলিঙৈদা মচে অহল সৌদামিণীনা হায়খি— "ঐখোয়গী রবীদি কুচু পান্নবস্থ ভাইবং শিনবা থুংনা ঙালহলগদৌরিবনি।" রাহৈ অসে তশেংনা চুমখি।

পীকলিঙৈদা রবীন্দ্রনাথ মমা মপাগা য়াম্না নক্না তোংনবা ফংলক্তে। মহাক্তি মিনায় মীশন মরক্তা চাওরকই। নোংমদি মখোরগী মীনায় শ্যামনা থবক কোমনিংবদগী লৈই চিংহনা মন্নুংদা রবীবু লেপহল্লগা হায় "মসিগী রাংমা লানবা য়াদে। মসিগী রাংমা লাল্লবদি খুদোংথীবা লৈ।" লৈই অসি মানা হেক লানথোককে খল্লকপদা, মমাংঙৈদা লম্মনা চিংবা লৈই লাল্লুবদগী সীতানা অরাবা নংখিবা অদু নিংশিং-লুবদা, মহাকস্থ য়াম্না রানা খাঙখি। মফম অদুদা অহাংবা মালংবু উবা ফংবা থোংনাও অমা ফংখি মহাক্না থোংনাও অদুগী ময়াদা লেপল্লহুনা মপানগী ভাইবংবু য়েংজখি। মহাক্না কবিতা ইবা হৌরক্লবা মতমদা অসিগুম্বা হৌখিবা পুন্সিবু নিংশিংহনা কবিতা কয়া ইখি। মহাক্না চহি ১২ শুবকপদা "কবি কাহিণী" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোংখি। অদুবু মহাক্না তশেংনা শৈরেং ইবা হৌখিবদি চহি ৭ তগীনি। ইমুং মন্নুংগী মীশিংনস্থ মহাক্কী থবক্তা কন্না পুক্নিং থৌগৎপীরম্মী। মতম অসিবু মানা নিংশিংলকলগা হায়খি—"পীক-লিবা শক্তী মচানা নৌরিবা মচি অদুনা অফং অফংবা মফমদা রায়হুনা শাম্নবশুম ঐছ্ ঐগী অনৌবা কল্পনা ঈরোলমুংদা লুপ্তনা পুন্সিগী অহানবা শরক্তা ভাংতৌবা হৌখি।"

অহল মতম ওইরক্লবা ফাওবদা রবী সাহিত্যগী খুদোল লাম্থোকপা লোল্লমদে। ১৯৪১ ইং এপ্রিল তাং ১৪ দা কবিগী অরোয়বা জন্ম তীথি শান্তিনিকেতনদা পাংথোকখি। মসিগী মতুঙদা মহাকপু

লায়েংনবগীদমক্তা কসিকতাদা পুথি। খোংচং অসিনা কসিগী অরোয়বনি হায়বা মশানা খঙজখি। কবি অমা ওইনা মহাক্না "অশিববু" ফজনা কোনশিল্লি। মহাক্না মমৌদা হায়রম্মী— "অহল ওইরবা উপালদি লৈ অমসুং উনা কংশিল্লক্তুনা তপ্না তপ্না লোয়খি; ঐশু অদুগুম্না নোংমা কংলগনি............।" কবিনা অরোয়বা মিৎয়েংনা পুন্সি লোয়রমদাইদা শান্তিনিকেতনবু চিংনা য়েংলম্মী।

ঙসি ঐখোয়না শকনরিবা ইশৈ "জন গণ মণ ........" হায়বা অসিসু বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকূরনা ইরম্বনি। ইশৈ অসিনা মহৈপাক নিংবা, ঈশ্বরবু নিংবগী খুদম উৎলি। অদুগা ইশৈ অসিনা অসিমসু হায়রি জাৎ-বিজাৎ হায়বা অসিনা করিনো, ঐখোয় পুম্নমক অমতনি।

রবীন্দ্রনাথ ভারতবর্ষগী কবি ওইবতা নত্তনা পৃথিবী পুম্নমক্কী কবিনি। মরম অদুনা মহাকপু "বিশ্ব কবি" হায়বা মিংথোল অসিসু ফংই।

রবীন্দ্রনাথকী পুন্সিদা পৃথিবীগী ফাওর-ফাওরবা মফম কয়ামরুমসু কোইকই। মফম পুম্নমক্তা মহাকপু তরাম তরাম ওকনখি। অদুগা মহাক মশামক্রুসু হায়খি।—"ঐহাক অসে মতম পুম্নমক্তা কোইচং চৎতুনা লৈবা পাম্বা মীশক অমনি।"

রবীন্দ্রনাথ কবি অমা ওইবতা নত্তনা ধর্ম্ম, রাজনিতী অমসুং সাইন্সকী হিরমদসু নৈনরম্মী। মহাত্মা গান্ধিনা মতম অয়াম্বদা রবীন-দ্রনাথকী পাওতাক কয়া লৌখি। মরম অদুনা গান্ধিনা "গুরুদেব" মিংগৌই। রবীন্দ্রনাথ থোইদোক্লা অতাওবা মীশক অমনি।

অসিগুম্বা পৃথিবীগী ওইনা তাঙলবা মীওই অসে ১৯৪১ ইংগী আগষ্টকী তাং ৭ তা মীরমলেন থাদোকখি। অদুবু রবীন্দ্রনাথ মীপুম খুদিংনা কাউবা ঙমদদুনা লৈনরি।

# আলবার্ট আইনষ্টাইন্

শ্রীলোংজম ধীরেন্দ্র সিংহ

হৌজিক অসি বিজ্ঞানগী যুগনি। হৌখ্রবা, কুইদ্রিবা চহি খরা অসিগী মনুংদা মীওইবনা তোঙান তোঙানবা বিজ্ঞানগী লম্বীদা চাও-খৎনখ্রিবা অসি করিগুম্বা মতমদসু ওইখিদ্রে। হৌজিমক হেক বিজ্ঞানগী লম্বীদা খ্বাইদগী রাংবা পাংথোকপনি হায়না লৌনরিবা অমসুং মাহুৎগী মখা কয়া, তাইবং মীগী কান্নবগী নত্রগা মাঙহাক্লবগী মওংদা শমথ-রকখিগনি হায়না খন্নরিবা অসিগী মকওইবদি "এটোমিক ইনর্জিনি।" এটোমগী মনুংদা লৈরিবা অকনবা শক্তি অসিবু মপান থোকহন্দুনা থবক্তা শিজিন্নবা অহানবা হৌদোকপা বৈজ্ঞানিক অসি অমত্তা নত্তে।

অদুবু রাখলগী লমজিং পীবা লময়ানবদি আলবার্ট আইনষ্টাইন্নি। পাদার্থ বিজ্ঞানগী লমদা নিংথিনা থাওমৈ অমা ঙালহনব-গুম ঙালহনখিবা অথোইবা বৈজ্ঞানিক আইনষ্টাইন্না পুথোকপা "ঠিওরি ওফ্ রিলেটিবিটি" হায়বা অসিনি। মহাক ১৮৭৯ ইং তাং ১৪ দা জর্ম্মনগী মনুংচনবা উল্ম কৌবা সহরদা পোকই, মহাক অসি ইহুদি জাতিনি।



অচৌবা মীগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিদি ইতোপ তোপ্পী। আলবার্ট মখোয়শিংগী মনুংদা অমনি। অঙাং ওইরিঙৈদা ওজাশিংনা মহাকপু মবুদ্ধি য়াওদবা অঙাং অমনি হায়না লৌনরম্মী। অহানবা বিদ্যাগী লম্বীদা খোংদারকপদি অরাবগী

মশক্কি ; মমাম্নবশিংনা মহাকপু য়াম্না তাথিরম্মী। করিনা হায়ববু— অঙাং অমা ওইবগী ময়াম তিন্নহুনা চেল-চোংহনা শাম্নব মরক্তা য়াওবগী মহুৎতা চিক্লা মথস্তু রাখল তৌজবনা পেনজরম্মী। নোংমা মচনমুপী মায়ানা লাইফদিবী শাম্নহুনা লৈরিঙেদা মহাক্না লোম্না লৌথোক্ক্‌না ময়ুমগী লৈকোল অমগী মচি অমদা থুমজিল্লম্মী। আইনষ্টাইন অঙাং ওইরিঙেদগী লমকোইবা য়াম্না পাম্লম্মী। মথুরা অমসুং মনেশিংনা তোয়না পুবিহুনা প্রকৃতিগী ফজববু নৈনহল্লম্মী। স্কুল ওজানা মঙোন্দা হংলকপা রাহং খুম্বগী মহুত্তা, রাখল অমদা তাওহনা লৈথোকই। খুম্বা তারবস্থ মরীলৈনদবা অমসুং কান্নদবা ঙাক্তা হায়দোরক্ক্‌না ময়ামগী নোক্নবগী মচাক অমা ওইনৈ। মহাকপু পোকপা মমা মপানা মীয়ামগী মায়কৈরোমদা পুশিল্লক্নবা কন্না হোংনজরম্মী। অহানবা লাইরিক হেক তম্বা হৌগংলকপদগী মশাগী চহি তরামরিশুবা ফাওবা অসিদা মশাগী ওইবা জ্ঞানগী করিগুম্বা প্রমান অমত্তা ফংলমদে। হায়রিবা চহি অসিদগীদদি মাগী স্কুলগী ওজাশিং অমসুং মী পুম্নমক কোক ঙাওবা মখে ঙকহন্দুনা মশা মথন্তনা "ইটিগ্রেল কালকুলেসন অমসুং এনা-লাইটিকেল জিওমিত্রি" হৈদাক্লম্মী। আলবার্টকী মহৈগী অয়াম্বা শরুক স্মুইজল'ণ্ডদা ফংখি। মহাক্না জুরিক ইউর্নিভার্সিটিদগী পি, এইচ, ডি, উপাধি ফংখি। ১৯০২ ইংদা পেটেন্ট অফিসতা চাকরীগী থবক হৌখি। অফিসতা লৈনা-লৈনা মহাক্না রিলেটিবিটিগী মরমদা লৈননবা হৌখি। নৈনবা অসিদগী ফংলকপা রাফম খরা ১৯০৫ ইংদা "স্পেসিয়েল ঠিওরি ওফ রিলেটিবিটি" হায়না ফোংখি। ঠিওরি অসি ইউরোপকী মফম পুম্নমক অদুগা লোয়ন লোয়ননা প্যারিস, বার্লিন, বিলাটনচিংবা পৃথিবীদা ফাওরবা লৈবাকশিংদা য়ৌখিরম্মী। বার্লিন ইউনিভার্সিটিগী পদার্থ বিজ্ঞানগী লম্বীদা লময়োরবা প্রোফেসার মাক্সভননা ঠিওরি অসি পাখি অমসুং থাগৎখি। মহাক্না আলবার্টকা শক উমহুনা রা

ঙাংনবা পাম্বনী' ট্রেন' তোংঙনা পেটেন্ট অফিস ত্রামা লাকখি। আলবার্টকী ব্যবহার করবা অমসুং নহা ওইবা শক্তম অমু উবদা য়াম্না ওকখি। আলবার্টনা মপুং ফাবা "জেনরেল ঠিওরি" অমুদি ১৯১৬ ইংদা ফোংখি। ১৯২১ ইংদা নোবেল প্রাইজ ফংখি। মহাক্না শেল ময়াম অমু মীওইবগী কারকনা হীরমদা শিজিন্নখি। আইনষ্টাইননা হায়খি, "ঐগী ঠিওরি অসিনা চুমলদি জর্মনশিংনা ঐবু মতিক মগুন লৈবা জর্মন অমা কৌগনি; অমুগা ঠিওরি অসিবু লাল্লে হায়না প্রমাণ তৌরবদি মখোয়না ঐবু ইহুদি হায়না কৌগনি।" মতম অমুদা জর্মনশিংনা ইহুদিশিংবু য়াম্না তুকচনা তৌবম্মী।

হিটলরগী পোলিসি মতুং ইন্না জর্মনশিংনা ইহুদিশিংবু মপোৎ মরুপ লোয়না মুলগা তাম্থোকখি। হিটলরনা আইনষ্টাইনবুদি কিখিবা মরমদগী চুম্না তাম্থোকপদা নত্রনা হাৎননবা হুকুম তৌখি। মাগী লেমরবশিংগী দেশতা চৎখিদুনা মখোয়না মাগী বিজ্ঞানগী মতেংদগী লান্দা কাম্ননবা থুংলায় শাগৎপা য়াই হায়না জর্মনগী অসুপা মপুনা চিংনখি। মাংজোননা পাও ফংলদুনা মথরায় হিংননবা আমেরিকা অমা চেন্দখিরম্মী। লাইপোকী 'চন্নদবা' মফম লৈতে। মার্কিন জাতিনা মাম্মু হন্নগুনা লৌশিলম্মী। ১৯৪০ ইংদা মার্কিন দেশকী নাগরিক ওইখি।

১৯৩৯ ইংদা পৃথিবীগী অনিশুবা লাম্লাও হৌবকখি। লাম্লাওগী অহানবা মৈ পোলণ্ডদা চুপ্রে। জাতি-পূমমক মিপাইনবে। নোংমা মোয়নগী মীহাৎ ফজদনা, মীশি মওং চাদবা হেৎগৎলাক্লে। পৃথিবী শীনরা-থুংনা লানগী রা নত্তনা অতৈ ঙাংনখিত্রে। জর্মন জাতিগী শক্তি উবকদা লৈবাক পূম্নমক কিবনা থক-থক নিক্লরে'। মায়কৈ অসিদা বৈজ্ঞানিক অসিনা ফাওয়বা প্রেসিডেন্ট রুজভেল্টতা চিঠি থাখইশি। চিঠিদুদা মহাক্না হায়খি, "করিগুম্বা জর্মনীনা এটোম

বোম হান্না শাগ্রবদি মিত্রশক্তি থোইদোক্না অন্নাবদা তাগনি। অতুনা অঙবা পাম্বে য়েংতুনা বোম অসি হান্না শাহৌনবা হোৎনসি।" মসিদগী মার্কিনশিংনা এটোম বোম শাননবা অকিবা ফংনা চংগদবা শেনয়াম অতুগীদমক হোৎনখি। আইনষ্টাইন মশাদি থোইনা শান্তি-প্রিয় ওইবা মীনি। মাগী জাতিশিংবু ওৎ-নৈথিবা অমসুং ক্লেসিজমনা জয় ওইগ্রবদি পৃথিবীদা গনতন্ত্র অমসুং স্বাধীনতা মাঙগনি মাঙগদ্রা ফিবদগী প্রেসিডেন্টদা চিঠি ইখিবনি।

১৯১০ ইংদা লাইপোক ওইরবী মিলেরা মরেক্কাগা লুহোংই। জুরিক ইউনিভার্সিটিদা তমলিভৈদা মিলেরা মরেক্কাগা মুংশিনরকই। মুপী অসিনা মচা নিপা অনি পোকই। ১৯১৬ ইংদা মিলেরাগা খায়নৈ অতুগা ইকুই কুইদনা এলসা আইনষ্টাইন কৌবী মাগী মচনশিং অমগা লুহোংই। এলসা ১৯১৮ ইংদা নোঙখি। আলবার্ট ইশৈ য়াম্না পাম্মী, অতুগা হৈরবসু হৈত্রবসু বেহালা য়াম্না তোইনা খোংই। লৈকাইগী অঙাংশিংদা তত্তনা পাটীগণীতকি অঙ্ক তম্বিরম্মী। মতিক মগুণ চেনবগী মতিক নোল্লুকই। য়ুমদা শিজিননবা খুদোন খোংউপ অতু তোংতুনা প্রিন্সটৌনগী অকোয়বদা কোইচৎ চত্তুনা কোয়থোকই। ফিঙ শাপোম্না মকোই কোকপদা শিডিন্নৈ। শেল থুমগী থোইদোকপা লাংতক্লবা লৈতে। দোলর ১৫০০ গী চেক অমনা "বুক মার্ক" ওইনা শিজিন্নৈ কাইনথংদা লাইরিক অহুম্নু শেলসু পুম্না মাঙখিবদা থোইনা অন্নাবা পোকলমদে।

আইনষ্টাইননা ঠিওরি অসি হৌদোকত্রিভৈগী মমাংদা মেটরগা ইনর্জিগা অনি অসি তোঙান তোঙানবা পোৎশক্তি, শেম্বা য়াদে, মাঙহনবা ঙমদে হায়না পদার্থ বৈজ্ঞানিকশিংনা লৌনরম্মী। হান্না খঙনরম্বা অসিগা ওন্থ-তৈননা মহাক্না হায়—"মেটর হায়বা অসি মওং অমা ওইনা লৈবা ইনর্জিনি। অতুগা অনিমক অসি অমনা অমদগী

ওস্মোক ওনশিন তৌবা য়াই।" সংসার অপূম্বা অসি খাইদৌক্লবা য়াদবা মরী অমমা পুন্দুনা লৈরিবা অসি মহাক্লা ঠিওরি অসিগী মতেংনা ব্যাখ্যা তৌগে লাক্লরক্লে। বোম অহু অসুম হায়না শাবনি—মাগী মম্লুংনা য়াওরিবা মেটর অহ্ ইনর্জি ওইনা থাদোক্লকপতনি। হৌজিক ঠিওরি অসিগী মতেংদগী তাইবং মীগী কোক ডাওহন্নবা হিরম ওইনা আশা তৌরি।

আলবার্ট আইনষ্টাইন ঈশ্বরনা গুণ হেন্না পীথোরকপা মীশক নত্তে, মাগী কোকী মপাক্তনা ঠিওরিশিংসি পুথোকখিবনি। মসিগী মথক্তা রাখলনা লাম্বা ফংদবা রাকম অমা মাগী থম্মোয়দা তত্তনা য়েৎনা লৈরি। মহাক্লা হায়—"তাইবং মী অমগী রাখলগী রাংমদা অঙকপগী অভিজ্ঞতা অমা লৈ। খ্বাইদগী ফজবা নিংথিবা পোৎশক্তি মসিনি। মসিনি থাক্লেশেংবা কলা অমসুং বিজ্ঞানগী ঈহৌদি। অভিজ্ঞতা অসিবু থম্মোয়দা ফাওত্রবা মী অহুদি অশিবগা পাংখকনি।" বৈদিক যুগকি আর্য্য ঋষিগী ধর্ম্মগী ভাবতগী তাত্রবা ধর্ম্মগী অনুভাব অমনা আইনষ্টাইন্গী থম্মোয়দা ফাওরি। বিজ্ঞানগা ধর্ম্মগা য়েংথিনদে হায়বা অহু বৈজ্ঞানিক অসিনা উৎলি। মুপা অসি পোক্লমত্রবদি পৃথিবী অসি হৌজিক করি করম্বা ফিবমদা লৈরমগনি? বিজ্ঞানগী ইতিহাসতা মাগী মমিং সনাগী ময়েক্লা ইহুনা লৈরগনি।

---

# অরবিন্দ

শ্রীহংওবম নিমাই শর্ম্মা



শ্রীঅরবিন্দ অসি শিঙ্গবম্, মহাক্কী মমিংদি হৌজিক্কী অনৌবা যুক্তা ওানহুনা লৈরি। মহাপুরুষশিংগী তোওান তোওানবা মশক তাকই। মরম অসিনা যীশুখৃষ্ট, বুদ্ধ, কৃষ্ণ, মহাত্মা গান্ধীনচিংবগী শক্লোন কয়ামরুম থোক্না তাক্করক্লিবনি। ভারত্তা মহাক ধর্ম্মগী ওঝা অমা ওইরম্মী। তদুগা মহাক লৈবাক্কী অফা ফত্তা য়েংবা মীওইস্ম ওইরম্মী। ধর্ম্ম শন্দোকপগী শক্তিনা মহাক্কী নিংবা থুংখিরম্মী। ইমা লৈবাক্না লাংকদবা মীশক অমু মহাক অসিনি। মহাক্না রাজনিতিগী মীওইশিংবু মহাক্কী অনিংবা মতুংইন্না মনিং মথা তমহল্লম্মী। কুনওবা শতাব্দীদা বেঙ্গোলগী নহারোলশিংবু মশাগী অনিংবনা মশাগী শক্তিনি হায়না পাওতাক পীরম্মী। শ্রীঅরবিন্দ মতম অমুগী নহারোলশিংগী লুচিংবা অমম্ ওইরম্মী।

মতম খরগী মতুংদা মহাক খওলকলম্মী, মসিদি রাজনিতিগী লম্বী নত্তে, মীওইবগী থৱাই অমদি মশাগী মগুণবু, মশাগী অমদি লৈবাক্কী ওইবা পনথুংফমনি। মতৌ অওুম তৌনা মীওইবগী পুন্সিগী মরমদা পাওতাক কয়া শন্দোকখিরম্মী। "আশা চাওবা ওক্তনা মীওইবগী চাওখৎপা নত্তে, থৌজাল হৈবদ্র উৎকদবনি।"

শ্রীঅরবিন্দ ১৮৭২ ইংগী আগষ্টকী তাং ১৫ দা কলিকতাদা পোকই। মহাক্কী মপাগী মমিংদা ডাক্তর কৃষ্ণধন ঘোষ কৌই।

মহাক্কী চহি মঙা শুন্দা দার্জিলিংগী "লোরিতো কোনভেন্স" কৌবা স্কুল অমদা থারম্মী। মহাক্না মতম অছুম্বা ইংরজীগী শৈরেং মচা মচা ইবা হৌখি। মহাক্না ইখিবা শৈরেংশিংগী মনুংদা হিমালয়গী লমদমবু উবগা মহাক্কী নহা ওইরিঙৈগী রাখল অসে প্রকৃতিগী য়াম্না পুক্নীং হুবা অমদি অঙকপা শক্তিনি থাদনা ফোংদোক্লম্মী। ১৮৭৯ ইংদা অরবিন্দনা ময়াম্বগা লোয়নননা ইংলেণ্ডদা চংলম্মী। মহাক্কী ময়াম্বা অসি চাওরাকপা মীৎ-য়েংদা লোংদুনবা রাখল চংলম্মী। মহাক হৌজিক অরবিন্দ অমসুং মহাক্কী ইংলিসকী য়ুমলৈ-কৈবৈগী মরমদা য়াম্না চেকশিন্না হায়রম্মী। মতম খরা লৈবগা অরবিন্দগী মমা স্বর্ণলতানা বারিন্দ্রা কৌবা অঙাং অমা পোকলম্মী।

আরবিন্দ অসি গ্রিরেতনা মাব্ লনাই ওইনা লাইবিক তম্নীববা মতুংদা, ১৮৮৫ ইংদা লণ্ডনগী সেন্ট পাল স্কুলদা থাবম্মী। হেড মাষ্টরনা মহাক্কী লমচৎ অমসুং ময়ামগা মান্নদবা অনিংবা অমু নমথরম্মী। মথক্কী লনাই ওইনা চেকশিন্না অসিগী মথাদা মহাক য়াম্না থুনা গ্রিক্কী অমসুং লেটিন লোনগী অরাংবা থাক্তা পুক্নীং চংলম্মী। মতম খরগী মতুংদা কেম্ব্রিজগী কিংস কলেজদা মহাক চংশিল্লম্মী। চহি অমদা পাউণ্ড ৮০ দা সেমিন্নার ক্লাসিকেল ইসকোলারসিপ ওইনা চংলম্মী। মহাক্না কিংস কলেজদা লৈনা লৈনা ইংলিসকী শৈরেং ইরম্বশিংগী মনুংদা "The cuckoo" শৈরেংবু কলেজগী মেগাজিন্দা ফোংদোক্লম্মী। ১৮৮৬ ইংদা মহাক্না লণ্ডনদা রিভোলুসনরী পার্টি অমা হৌদোকলম্মী মমিংনা "থম্বাল অমসুং খাংজো" ( Lotus means Sri Aurobindu ] কৌই।

১৮৯০ ইংদা অরবিন্দ "ক্লাসিকেল ত্রিপোস" পরিক্ষাদা ফার্স্ট ক্লাস ফার্স্টা পাস তৌই। মহাক্না ইংলিসকী মতুংদা ফ্রেন্স, জর্মান, গ্রিক অমসুং লেটিন লোনশিংমপু ওইরম্মী। "Oscar Browning"

না অরবিন্দদা মহাক্কী পরিক্ষাগী অঙকপা কোংদোক্পা ওইনা চিঠি অমা থারকলম্মী।

১৮৯০ ইংদা আইঃ সিঃ এস পরিক্ষা থারম্মী। গ্রিক্ অমসুং লেটিন লোন্দা অঙকপা রের্কোডকা লোয়ননা পাস তৌরম্মী। ১৯৩৫ ইংদা অরবিন্দদা চিঠি অমা দিলিপ রায়না থারক্লম্মী। মহাক্না ইংলণ্ডদা লৈরিঙৈদা চারা হেনখিবগী মরমদা শুগাইনা ইরকলম্মী।

কেমব্রিজদা লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদা মহাক থবক অমা তৌবা পামলম্মী। মহাক্না বারোডা গী Gaekwar বু ইংলণ্ডদা উরম্মী। মহাকপু খুদক্কা প্রাইভেত সেক্রেটরি ওইনা থম্লম্মী। মতম খরা লৈরগা মফম অহু থাদোক্লুনা অরবিন্দ ভারতা Gaekwarগা লোয়ননা হল্লকলম্মী। মহাক অহানবদা থাঙনা লৌথোক লৌশিনগী থবক তৌরম্মী। মতম অসিদা মহাকপু লৈবাক্কী লম খাইদোক্লবা নেকলম্মী। মতম খরগী মতুংদা বারোডা ষ্টেট কলেজগী প্রোফেসার ওইরম্মী। মতম খরা ওইরমলগা ভাইস প্রিন্সিপাল কাই।

শ্রীঅরবিন্দ ভারত অমসুং পৃথিবীগী রাজনিতিগী অচৌবা মিদর অমা ওইরম্মী। মহাক্কী নোংচুপলোমগী য়াখল অহু ভারতকী চৎনবীনা অমসুং হিন্দুগী পুন্সিদা চিংশিল্লম্মী। মহাক বেদ অমসুং ভাগবত গীতা পুক্নীং চংনা নৈনরম্মী। অহুগী মতুংদা বেঙ্গলি অমসুং ভারতকী লোল অয়াম্বা লোয়না তমলম্মী। বঙ্কিমচন্দ্রনা ইরম্বা "অনন্দমঠ" অসি মহাক্না য়াম্না পামজরম্মী।

১৮৯৪ ইংদা মহাক্না "ইন্দুপ্রকাশ" লেংলম্মী, অমসুং মহাক্না আর্টিকল খোমলগা "New Lamps for aids" কৌবা চেক্পোং অমা ফোংলম্মী অহুদগী কংগ্রেস রাজনিতিদা "pettining to Agitation from Moderation to extremism চংবা হৌই।"

১৯০২ ইংদা মহাক্কী মসাও নিশা রহিম্রবু বেঙ্গোলদা "লালহৌবা কাংবু" অমা লিংখৎলুনবগীদমক্তা থারম্মী। ১৯০৫-৬ ইংদা বেঙ্গলদা "স্বদেশী" চৎনরম্মী।

শ্রীঅরবিন্দনা কলিকতাদা বেঙ্গল ন্যাশনেল কলেজকী থবক লৌরম্মী। মহাক্কী মতুংদা "বন্দে মাতরম্" অমসুং "ভারনিকুলার যুগান্তর" কৌবা ইংলিশলোনগী মেগাজিন অমা থকাংলম্মী। মহাক্কী থবক "Fla-ming Apostle of Nationalism" অহু মহাক্না বেঙ্গোলদা লিংখৎলম্মী।

১৯০৭ ইংগী ময়াইদা পোলিটিকস ওফ ইন্দীয়ান হায়বা অহুগী দমক্তা মারু ফারম্মী। মতম অসিদা অচৌবা কবি রবিন্দ্রনাথনা মহাকপু ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা মুংশিরম্মী।

১৯০৮ ইংগী মেদা শ্রীঅরবিন্দ "মনিকতোলা রোম কেশ" গী দমক্তা মহাকপু ফারম্মী। কেশ অসিদা দেশ বন্ধু চিতরঞ্জন দাসনা বেরিষ্টর ওইনা লোতেনগী মাইয়োক্তা ঙাকথোক্লম্মী। মহাক্না ইংলিসতা "কর্ম্মা যোগিন," বেঙ্গলিদনা "ধর্ম্মা" অসি মানা লেংলম্মী। ১৯১০ ইংদা মহাক্না পোলিটিকেল অমদি জরনেলিসতিক থাদোক্লুনা পণ্ডি-চেরীদা চংলম্মী।

পণ্ডিচেরীদা মহাকপু National Congress গী President ওইবা খনম্মী। মহাক রাজনিতিগী রাখল লাপনা থম্ম হৌরে। মহাক্কী সাইনিংবা হৌরকপদা, মী মরী মঙাদমক লৈরম্মী। মতম খরা লৈরগা অচৌবা আশ্রম অমা ওইরক্লুনা রাম্না কাওবা আশ্রম অমা ওইখি।

১৯১৪ ইংদা মহাক্কী চেকোং "আর্য্য" অসি কোংলম্মী। চেকোং অসি ১৯২১ ইং ফাওবা চৎনরম্মী। ইশা উপানিষাদ, এসেজ অন দি গীতা, লাইফ দিভাইন, সিন্থেসিস ওফ দি যোজনচিংবা মাগী লাইরিক শিং অসি "আর্য্যদা" মথং মথং ওইনা হাপলম্মী।

১৯২৮ ইংদা কবি গুরু রবিন্দ্রানাথনা অরবিন্দবু পণ্ডিচারীদা উরম্মী। ১৯৫০ ইংগী ডিসেম্বর তাং ৫ দা মহাক্কী পাওতাক ময়াম অসি পৃথিবী শিনবা থুংনা চংখিরম্মী। মহাক্কী পাওতাকশিং অসি পোলিটিকেল লিদরশিংনা থাগৎলম্মী। মহাক্কী পুন্সিগী খোংচত্তা ভারত সভ্যতাগী অশেংবা মঙাল অমস্থং দিব্যজীবনগী শোয়কফত্রবা মঙাল য়াওই। মহাক্না মীওইবা পুন্নমক লৌশিল্লগা মীওইবগী অনৌবা সমাজ অমা শেমনবা লম্বী তাক্লম্মী। ১৯৪০ ইংগী ডিসেম্বরগী তাং ৫ দা মহাক শিঙ্গবস্থ, মহাক্কী আত্মাদি মহাক্কী আশ্রমদা লেংদনা লৈরি।

শ্রীঅরবিন্দ লৈবাক্কী ফনবা তৌবতা নত্তনা অচৌবা হিসতরিয়ান অমস্থ ওইরম্মী, অচৌবা রাজনিতিগী মীওইস্থ, অচৌবা পণ্ডিত; দর্শনশাস্ত্রানিতিক, দেশ ভক্ত, যোগী, অমস্থং অচৌবা লাইনিংবা, অসি ফাওবা শন্দোক্তুনা লৈহৌরি। অরবিন্দগী অচুম্বা থীবা অসিনা মাগী মং ফাওবা অচুম্বগী লাইনিং ওইখিরম্মী।

---

# 'আব্রাহম লিঙ্কোন'

শ্রীকুমারী লোংজম বিমলা দেবী



আব্রাহম লিঙ্কোন আমেরিকাগী তরাতরুকশুবা প্রেসিডেন্টনি। আমেরিকাগী নোংমৈনা কাপতুনা হাংখিবা প্রেসিডেন্ট মরিগী মত্তুংদা মহাক্না অহানবনি। মীওই-বগী সেবাগীদমক্তা মশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোকতুনা হোৎনখিবা মীওইশিংগী মরক্তা আব্রাহমনু অতাওবা মীওই অমনি। মহাক্তি অচুম্ববু পাম্বা, থৌজালহৈবা অমসুং মীনুংশি থওবা নিপা অমনি। মহাক্কী অচৌবা থৌদাংদি অরাবা তারবা নেগ্রোশিংবু মী-নাইগী য়োম্বিলংনা কীরবা অহুদগী মথীংতমহনবা হোৎনবনি।

থারোমগী রাইতর অমনা লিঙ্কোনগী লমচংকী মরমদা অসুম্না হায়রমই, "মহাক্না মীওইবা জাতিবু নুংশিরমই, হায়বদি মহাক্না মী পূম্নমকপু নুংশি।"

আব্রাহম লিঙ্কোন ১৮০৯ ইং ফেব্রুয়ারী তাং ১২ দা ইউ, এস, এ, গী কেনতকি হায়বা মফম অমদা য়াম্না লাইরবা ইমুং অমদা পোকই। লিঙ্কোনগী মমা মপা থোমাস অমসুং নানসী ভিরগিনিয়াদগী ওইরমী। কোনতকিদা লৈবা অসি লাইরবা মীগীদি থুদোংচাদবা মফম অমা ওইবদগী থোমাসনা পোংচৈ পূম্নমক য়োম্থোকতুনা ইণ্ডিয়ানা কৌবা লম অমদা য়ুম হোংলমই। মফম অদুদা লৈত্তুনা থোমাসনা শীংজনবা অমা ওইনা পুন্সি লেনবা হৌরক্লমই। লিঙ্কোননা চহি ৮ লোম শুরক-পদগী মপাগী অসিগুম্বা থবক অসিদা য়াওত্তুনা মতেং পাংলম্মী।

অসুনা মতম্দা মহাক্না থবক কমা তৌরম্মী। মহাক্কী পুন্সিদা চহি অমত্তমক ত্থুদ তম্বা ফংখি। অসুম্বা শরক্না মশানা কমা হোৎনজরম্মী। মহাক্কী হৈশিংবা অমস্থং হোৎনবা কম্বগী মপানতনা মশাবু মতীকচাবা মী অমা ওইনা শেম্বা ওমখি। লিঙ্কোনগী লায়া কৌবী মচে অমা লৈরম্মী। ১৮১৮ ইংদা মানলী শিখিল্লমই। মতম অমুদা ইমুং মচুংদা অল্লাবা অমা ওইরমই। মমা লৈত্রবা মতুংদা ইমুং-মচুংগী অরম্বা পোৎলুম কয়া মচেনা কোকথোং নাখি। অয়াম্বা মতমদা লিঙ্কোননা মচেগী মতেং পাংলমই। থোমাস লিঙ্কোন অমুক হন্না কেন্তকিদা থোইরমই অমস্থং মফম অদুদগী মচা অমুম লৈরবী লায়া বুউস জোনস্টোনবু ইনাক খুল্লবী লুপ্পাবী অমবু মহাক্কী মপী ওইনা পুরক্লুনা মকুলদা হল্লক্লমই।

আব্রাহম লিঙ্কোন অনেম্বা ইমুংগী হৌরক্লবদু মহাক্তি থাজবা য়ারবা মীওইবগী মরুপ অমনি। লাইরবা ইমুংগী হৌরকপমা মচেগী লম্বীদা মনীংতম্না খোংথাঙা ওমখিত্রবদু মহাক্তি থোইদোক হেনগৎলা আইনগী মরমদা হৈশিংবা, অথুবা লিপা অমা ওইখিরমই।

নেগ্রোশিংগী নীংথা তম্বা ওমত্রবা মীনাই ওইবগী য়োক্লিংনা চেৎনা কিরিবা কল্লবা য়োক্লিং অদু মহাক্না ইরাই লাইনা থদৎপা ওমখি। লিঙ্কোন অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অচৌবা মীশিংগী পুন্সিগী য়ারী পাবা য়াম্না পামজরমই। মহাক্না জর্জ ৱাশিংটনগী পুন্সিগী য়ারী য়ায়া থরাম্ন য়াওনা পারমই অমস্থং মতুনা মওোন্দা অনৌবা অহৌ অরানা লোল্লননা অনৌবা আম্বা অমা পুরক্লমই। লিঙ্কোনগী মশাগী লাই-রিক পানিংবগী থৌরাংবা অদু মতম শূমদা লৈরমই। মহাক্না বর্নিয়ন, ঈসপ ফেবলস, এ হিষ্টরি ওফ দি ইউনাইটেড ষ্টেটস, পিলগ্রিম, রোবিনসন ক্রোসোনচিংবা লাইরিক করামকম্ হন্না হন্না পাখিরমই। অদুগুম্বা লাইরিক থৌনিঙাই শেল লৈজরবা মহাক্না মরম-অনাংশিংনগী

লাইরিক রাইরমই অদুগা অশংবা মতমদা লাইরিকশিং অহু নৈনরমই। মহাক্তি অমুক মুংথিল থবক কম্না শুরমই অদুগা অহিংদা লাইরিক পারমই।

১৮৩৪ ইংদা লিঙ্কোননা লেজিসলেচরগীদমক লান চংলমই অমসুং মায় পাক্লমই। মহাক মশামক্তা উকিল তম্লমই। ১৮৩৬ ইংদা মহাক্না উকিলগী প্রাকতিস তৌনবা য়াথং ফংলমই অমসুং ইসপ্রিঙ ফিলডদা চংলমই।

চহি ৩৩শুবা মতমদা কেনতকিদগী মেরিটাভ কৌবী মুপী অমগা লোয়ননা লিঙ্কোন লুহোংলমই। লিঙ্কোনবু য়াম্না থুনা উকিলগী লুচিংবা মেম্বর ওইনা য়ারমই। অদুম ওইনমক ময়ামগী থবক্না মহাকপু পোথা-হল্লমদে। ১৮৫৪ ইংদা পিররিয়া অমসুং ইলিনোইজদা পীখিবা ভাষন অদুদগী মহাক ফাওখি। ১৮৫৬ ইংদা লিঙ্কোন নৌনা রিপব্লিকসিয়ান পার্টিদা য়াওরমই অদুগা চহি অনি লৈরবা মতুংদা মহাকপু ইউনাই-টেত সেনেতরগী কেণ্ডিডেট ওইনা মমিং পাল্লমই। ১৮৬০ইংগী চহিদা লিঙ্কোননা জাতিগী থবক নৌনা শেম্লমই। ১৮৬০ ইংদা নিউ য়োর্ক সহরদা ভাষণ অমা পীরবা মতুংদা মঙোন্দা অচৌবা রাখল অমা লাক্লমই। মহাক্কী মিংচৎ য়াম্না থুনা শন্দোক্লমই। ১৮৬১ ইংদা মহাকপু ইউ, এস, এ,গী প্রেসিডেন্ট খল্লম্মী।

লিঙ্কোনবু খল্লকপা মতমদা খা-মায়গেগী মী-শিংনা মহাক্কী ইলেক্সন অদু মখোয়গী পুন্সিগী অরোইবা লম্বীতগী অর্থনি হায়না খাজরমই। ইউ, এস, এ,গী খা থংবা ষ্টেতকী লশিং অমসুং হিগাকমনা থাক্মদা নেগ্রো লিশিং-লিশিং থবক শুরমই। মখোয়গী হিংবগী ফীভম অদু য়াম্না অরাবা ওইরমই। লিঙ্কোনবু প্রেসিডেন্ট খল্লকপদা খা মায়গেগী মীশিংনা ইউনিয়নদগী থবক তোকখিরমই। খা মায়গে খায়দোকখিবা অসিনা জাতিগী ইউনিতিবু থুগাইবা অমসুং পাঙ্গল শোম্বহনবনি

হান্না লিঙ্কোননা থাজরমই। জুলাই তাং ২১, ১৮৬১ ইংদা অরাং অমসুং খা মায়গী বুলরন হায়বা মফম অদুদা লাম কল্লা লোল্লরমই। লানফম অদু অরাংনা মায় পাকনি হায়না থাজরমই। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী আশা য়াম্না থুনা কায়খিরমই।

১৮৬২ ইংদা লিঙ্কোনদা অরাবা অমা ওইরমই। মহাক্কী মচা শিখিবমই অদুগা খা মায়গেনা লানফম কয়ামরুমদা ইউনিয়নবু মায়থীবা পীরমইনা খবর কাগজশিংনা লিঙ্কোনবু করুম্রম্মই অদুগা মহাক মশামক্কী কেবিনেট মেম্বরশিংনসু মডোন্দা এটেক তৌরমই।

তপ্পা তপ্পা অরাংগী লাইবক্তা ঈথক হৌরক্লমই। ১৮৬৩ ইং জুলাই থাদা খা-মায়গেগী থাজরবা লিদর জেনরেল রোবার্ট ই, লি, না অরাং মায়গেনা লান তারক্লমই। ফাওরবা গেতিসবর্গী লানফম অদু শোকক্লমই অমসুং খা মায়গেনা মপুংফানা মায়থীরবা ফংলমই। অরাং মায়গেনা অচোবা মিংচংক্কা লোয়নন্না ডুরমই। লিঙ্কোননা মীনাই অমসুং মীনাই ললোনবগী থবক অদু মুৎথৎলমই।

১৮৬৪ ইংদা মহাকপু অমুক হন্না প্রসিডেন্ট খনরা মতমদা, মহাক্না পীখিবা ভাষন অদু ইতিহাস পুন্নমক্তা খ্যাইদগী ফজবা অমনি হায়না খনখি মহুদি—"কনা অমতবু য়েংথিদবা, পুন্নমক্তা দান তৌবা" মহাক্না হায়রমই, "ঈখোয় পুন্নমক জাতিগী অরাবা ফিবম্না কোল্লইশিল্লি।"

থাঙ্গেশেল্লা লিঙ্কোনগী পুন্সি অসি সেবাগী থবক্তা মপুং ফানা কখোল্লবনি। মহাক্না মনীংতম্বা ওমত্রবা মীনাইশিংগী মফম্তা তৌরাখি অমসুং তৌরিবা থবকশিং অদু শীংথাবা ওম্বা থৎলে। লিঙ্কোনবু থাগৎপা পীবা মুমিং অদুদা খা-মায়গেগী মীয়াম য়াওরবা অফাওবা এক্টর জোন উইল্কেস বুথ হায়রবা নিপা অমনা নোংমৈনা কাপ্পু তুনা হাৎখি। অসুম মহাক্কী মিংচং, অচোবা মগুণদি শীংওইবগী মরুপ্তা লৈরহৌরে।

আমেরিকাগী মীশিংনা মহাক কৈতোনদা অরাবা ঈপাক্তা থাওখি অমসুং থজোয় শোক্লা তেংথানখি।

আব্রাহম লিঙ্কোন শিঙ্গবসু তাতিগী ইতিহাসতা মুথৎপা ভন্ন-রোইদবা মহাক্কী মিংচৎতি সনাগী ময়েক্সা ইঙ্গুনা লৈহৌরবনি।

---

# নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু

শ্রীফুরাইলাৎপম পূর্ণচন্দ্র শর্ম্মা

অকবা মীগী পুন্সিদি হিংলিঙৈদা কনানসু মহাক্না তৌবা থবক্তা শিংথানবিদে। মহাক্না শিঙ্গবা মতমদতা মগুণ অতু থঙলকপনি। মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্তুনা মীয়ামগী, মবৈবাক্কীদমক্তা থরায় থাবা কিদবা মীশক অসি কয়া তাংই। থোয়দোক্না ভাবতবর্ষদগী অসিগুম্বা মীশক অসি থরা পোকখি। মথোয় অতুগী মনুংদা সুভাষচন্দ্র বসু শিংথাবা য়াবা মীশক অমনি।



সুভাষচন্দ্র মুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা চাওরকপনি। মহাক্কী হকচাংগী শিংলি খুদিংদা মবৈবাকপু মুংশিবগী ঈতনা অতৎ অথম লৈতনা চেল্লি। মথৌনা লৈবা, নিংথিবদা হোংদবা, খাঙবা কনবা, লৌশিং লৈবা অমদি মপুক মপাও ফবা মীশকনি।

১৮৯৭ ইং জানুয়ারীগী তাং ২৩ দা উরিষ্যাগী কটক কৌবা মফম অমদা সুভাষচন্দ্র বসু পোকখি। সুভাষ, জানকীনাথ বসুগী মচানিপানি। জানকীনাথ বসু আইনগী মরমদা য়াম্না হৈশিংবা অমদি পুকচেল চাওবা মীশক অমনি। মরম অসিমক্তনা মহাকপু লম অতুগী মীশিংনা য়াম্না নুনা চান্না ভৌরম্মী।

শ্রীমতি প্রভাবতি দেবী সুভাষকী অপোকপী মমানিন পুকচেল চাওবী, ধর্ম্মদা পুক্নিং চংবী অমদি মীনুংশি খঙবী মমান্নি। মহিন মনাও তরামাথোইগী মনুংদা সুভাষ খ্বাইদগী ইতোন তোনবা মমা মপাগী মচানি। পীকনিঙৈদগী মহাক্কী মশাদা ময়াম্বশিং অমসুং মতম অতুগী অঙাংশিংদগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমা চেন্নকই। ছাত্র অমা ওইনা, পীকলিঙৈদগী অফবা ছাত্র অমা ওইরকই। এনগ্লো ইণ্ডিয়ান স্কুল অমদা ইহান হানবা ওইনা মহৈ তম্বা হৌই।

মশাগী চহি ১৫ শুরকপা ১৯১৩ ইংদা মেট্রিক পরিক্ষা পাস তৌহুনা কলিকটাগী প্রেসিডেন্টসি কলেজদা মিং চন্দুনা মথা তমথবা হৌই। কলেজ অসিদা আই, এ, পরিক্ষাদা ডিসতিনক্সনগা লোয়ননা পাস তৌই। মহাক্না আই, এ, পাস তৌরবা তুংদা কলেজ অদুগী ওঝা মকোক অদুগা মুংঙাইনদবদগী মতম থরগী ওইনা কলেজদগী তানথোক্লম্মী। চহি অনি লৈরগা সার অসুতোষ মুখ´জিগী মতেংনা কলিকটা ইউনিভর্শিটিগী মথাদা সুভাষ অমুক হন্না মহৈ তম্বা য়াখি। ১৯১৯ ইংদা ইস্কোটিশচর্চ্চ কলেজদা দর্শন শাস্ত্রদা ওনর্স কংহুনা বি, এ, পাশ তৌই। মপানা মহাকপু আই, সি, এস, তম্নবা মভোন্দা হায়বকপা মতমদা পুং ২৪ (নোংমা) চুপনা খল্লবা তুংদা মশানা য়ানিংবা ফোংদোকখি। আই, সি, এস, কীদমক্তা শুভাষ বিলাত্তা থারম্মী। মকম অদুদা মহাক্না থা নিপালতমক হোৎনরবা তুংদা আই, সি, এস, পাস তৌবত নত্তনা—মশিংগুবদা লাকখি। মহাক্না আই, সি, এস, পাস তৌহুনা ভারত্তা হল্লকলবা মতমদা, পঙ্গাপতা "মার্সেল লো" চলাইখি।

সুভাষকী পুন্সি মতাং অসিদা মরৈপাকপু নুংশিবগী চাং হেনগৎলকলে। মীরৈবাক মচানা ভারতপু ওৎ-নৈবা উরুরম্বা মহাক্কী থগোয়দা হায়নিংঙাই লৈতনা চাকখি। মহাক্না আই, সি, এস, কী উপাধি অদু চিন্নবা লৈতনা থাদোকখি।

১৯২১ ইংগী লোয়রম্নদাইদা সুভাষ রাজনিতিগী লম্বীদা খোংদাবা হৌখি অমসুং কংগ্রেসতা য়াওখি। মহাত্মা গান্ধিনা হৌরকপা অসহযোগ অন্দলোন অস্তুদা য়ান্না অচৌবা শরক য়াখি।

মতম অত্তুগী ভারতকী রাজনিতিবু লমজিংলিবা মীওইশিং অয়াম্বা লাইরিক লাইগু হৈবা অমদি পুকচেল চাওবা মীওই ওাক্তা ওইবনা "অসহযোক" অহু ভারত শিনবা থুংনা মখোয়না শন্দোকখি। মতাং অসিদা সুবাষনা বাঙ্গলাগী "নেসনেল ভলন্তিয়ার কোর্স" লিংখৎতুনা লিংখৎতুনা বৃটিশকী মায়োক্তা অকনবা দাবী তানলম্মী অমসুং মসিগী মরমদগী ইহান হানবা ওইনা রাজনৈতিক অমা ওইনা জেল চংবা হৌখি।

১৯২২ ইংদা মহাক জেলদগী থোরকখি। মহাক্না জেলদগী থোরকপা মতম অসিদা বাঙ্গলাদা অকিবা ফংলবা ঈশিং ঈচাও অমা থোরক্লম্মী। সুভাষনা রিলিপ ফণ্ড অমা লিংখৎতুনা ঈশিং ঈচাওদা অরাবা নংলবা লৈফম লৈত্রবা মীওইশিংদা চেং চাক অমদি ফিরোল য়েনস্তুনা মতেং পাংলমই। ১৯২৪ ইংদা দেসবন্ধু দাসনা বাঙ্গলাগী ময়োর ওইনা খনবা মতম অত্তুদা সুভাষ মহাকী চহী ২৭ শুবগা লোইন্না বাঙ্গলাগী চীফ একজেক্যুটীভ অফিসার ওইনা খল্লম্মী। মহাক্না অফিসার হেক ওইবগা মশাগী ওইজবা খিদনা বাঙ্গলাগী লম্বী থোং অমদি স্কুলনচিংবা চাওখৎনবা কন্না হোৎনরম্মী অমসুং বাঙ্গলাগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা লুচিংবা অমা ওইরকখি।

সুভাষকী মপুন্সিদা মরৈবাকীদমক্তা মশীং নাইদনা জেলদা চংখি। ১৯০৩ ইংদা মহাক্না জেলদা লৈরিঙৈদা নারক্লুনা মহাকপু থাদোরকখি অমসুং ভিয়েনাদা লায়েংবা চৎলম্মী। মহাক্না নাবা ফরনা তুংদা ইউরোপকী দেশ কয়ামরুম কোইহুনা রাজনিতিগী ফিভম য়েংলম্মী। মখোং মখা তথা লমশিং অহু উক্সরগা মহাকী থম্মোয়দসু মনিং মখা তমনিংবগী ইহল অমা ফাওরকখি অমসুং বৃটিশশিংবু তাম্মোক্লুনা মনিং

মখা তন্না ভারত হায়বত্ত্ব ওইহনগে হায়না থমখি অদিগা লোয়নমা ভারতপু পৃথিবীগী চাওখংলবা লৈবাক্কশিংগী মন্থুংদা অন্না ওইহনগে থনখি। মহাক্না ইউরোপতা ভারতকী ওইরিবা ক্ষিকমবু তাকলম্মী। মহাকী থৌনা ফন্না অমদি হৈংশিংবা উবদা লমশিং অত্থুগী মীওইশিংনা মহাকপু থাগৎনরম্মী।

সুভাষনা ইউরোপতা লৈরিঙৈ মপা নাবগী পাও লাক্লুনা য়াম্না থুনা ময়ুমদা হল্লকলমই। অত্থুবু হল্লকপা ইকুই কুইদনা আইন অমগী মখাদা মহাকপু জেলদা থমখি। মহাক্না জেলদা চংবা মুমিৎ অত্থুমক্তদা মপাসু শিখি। মপাগী অরোয়বা মিকুপ্তা মহাক্না উন্নবা ফংখিদে।

মহাক্না জেলদগী থোরক্লগা, ১৯৩০ ইংদা হারিপুরা হায়বা লম অত্থুদা ফমখিবা ভারত পুম্বগী কংগ্রেসকী সভা অত্থুদা সুবাষপু প্রেসিডেন্ট ওইনা খনখি। মসিনা কংগ্রেসকী প্রেসিডেন্ট ওইবা অহানবনি। মথং চহি ১৯৩৯ ইংদা ত্রিপুরিদা ফমখিবা সভা অত্থুদসু অমুক হন্না প্রেসিডেন্ট খনখি।

মতাং অসি য়ৌরকপদা মহাত্মা গান্ধিগা মহাক্না মত খেন্নরকয়ে। মরম অসিদগী মহাক্না প্রেসিডেন্টকী ফম অত্থু থাদোকখি। মহাত্মা গান্ধিগী রাখলদি, "মী অমনা মঙোন্দা খুবাকনা মখজাইদা থারক্লবদি, অমুকসু হন্না ওন্নতৈনবা খঙাই অত্থুদা থাহল্লু" অসিনি। সুভাষনা মত্থু নত্তে "মীনা মঙোন্দা খুবাকনা থারক্লবদি, মানা থারকলিবা অত্থুগী মশিং অনি হেনগৎনা থাজিল্লু" অসিনি।

মহাক্না কংগ্রেসতগী তোক্লগা চয়োলগী ওইবা ফোর্বার্ড ব্লোক্ক কৌবা চেফোং অমা ফোংবা হৌরম্মী। চেফোং অসিগী মরমদগী ১৯৪০ ইংগী লোয়রমদাইদা কেশ অমা তোনরম্মী অমসুং মহাকপু জেলদা থম্মী। কেশ অত্থুগী মখিদা জান্নিন্দা লৈরিঙৈদা ১৯৪১ ইং দা মকম ইখঙ খঙহৌদনা মরুম বাকথা লেপতগী মাংখ্রে। মহাক্না

য়াম্না খুদোংথিবগা লোয়নন্না মুসলিম লাইনিংবা অমা শাতুনা পেশরা য়ৌখি। মথং মথং চংখিতুনা বার্লিন ফাওতুনা জর্মানগী ভিয়েনা য়ৌখি। মফম অসিদা মহাক্না নাজী সরকারগা মরী লৈনখি। সুভাষকী রাখলদি মপান লমদা লৈবা বৃটিশকী য়েকনবশিংগা তিন্নতুনা ভারতগী বৃটিশপু তানথোকপনি।

১৯৪৩ ইংগী ফেব্রুয়ারী থাদা "ইউ-বোট" অমদা ঈশিংগী লম্বীদা অমুক চংপ্রদা হৌরমই। খোঙচং অসিগী ময়াই চনশিল্লকপদা জপানগী "সবমেরিন" অমদা তোংতুনা সিঙ্গাপুর য়ৌখি। মফম অসিদা মহাক্না "আজাদ হিন্দ ফৌজ" লিংখৎখি। মরৈবাক নীংবা, মথৌনা লৈরবা অমদি অফবা খুৎলাইতনা লোইনরবা "আজাদ হিন্দ ফৌজ"গী লুচিংবা ওইখি। মতম অসিদগী মহাকপু নেতাজী হায়না খঙনখি।

হায়রিবা চহি অসিদা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাও হৌরকলে। থৌনাফরবা লাম্মীশিংনা জপানগী লাম্মীশিংগা লোয়নন্না "দিল্লী চালো" হায়বা খোল্লাওগা লোইনন্না বর্মা ফাওতুনা চংশিল্লকখি। মথং মথং চংশিল্লকুনা মণিপুর ফাওবা চংশিল্লকখি। মরৈবাকনিংলবা লাম্মীশিংগা লোয়নন্না "এন্-গ্লো-আমেরিকা'গী" কাংবুগা লানথেংনরম্মী।

অরাবদি সুভাষ ভারতগী হন্দোকপা তাখি। মরমদি জপান্না বৃটিশকী মথুত্তা মাইথিরে হায়বা য়াগ্রে। অসিমক্তনা নিংবা কায়না হন্দোকখি। ১৯৪৫ইংগী হৌগংলকপদা সুভাষ টৌকিওগীদমক্তা এরোপ্লেন অমদা পাইথিরম্মী। অদুবু নেতাজীনা তোংলিবা প্লেন অদু জপানগী ফোরমোশা হায়বা ঈথং অদুদা ১৯৪৫ ইং আগষ্ট ১৮ দা কাইথ্রে। অমুত্তং সুভাষকী অশিবা হকচাংগী উং অদু হৌজিক টৌকিওগী রেন-কোজী হায়বা লাইশঙ অদুদা চেকশিন্না থম্মলি হায়রি।

"মহাক্না ১৯৪৩ ইংদা ভিয়েনাদা লৈরিঙৈদা অষ্ট্রিয়া নিঙোল "ইমেলিসাঙ্কল" কৌবী অমথক লৌরম্মী। মহাক্না পোক্লবা "আনিতা" কৌবী চহি ২৪ত্রোম শুরুম্মী অমা অষ্ট্রিয়াগী শুৎ অমম্ম- লৈরি।

ঙসি সুভাষচন্দ্রগী হকচাংনা সংসার অসিদা লৈত্রবস্ মহাকী মমিংদি মুমিং থানা লৈরিবমথৈ মুংলরোয়। ঙসি ঐবোয়না শিজিন্ন-রিবা "জয় হিন্দ" হায়বসি নেতাজীনা হৌদোক্লবনি।

---

# শ্রীমা সরদা

**শ্রীব্রহ্মচারিময়ুম কুলচন্দ্র শর্ম্মা**



"মুপী ওইবী হায়বসি মুপা ওইব-শিংগী হকচাংগী তংখাইনি, ওই অমসুং য়েং হায়না খাইরিবা হকচাংগী কায়াংথশিংগী মরক্তগী অমা শোইরকপদা হকচাংগী পাজল হন্থরগুম সমাজদা মীওইবা জাতিগী মপাঙ্গল হন্থরকই।"

য়াহৈ পরেং থরশিংগী মপুং ফাবা খুদম উৎখিবা মুপী অমুদি সরদা দেবীনি। সরদা কনানো? চিল্লোক লৈচিনগী মপেনা মপুক লুম্না উতোন-রাতোন শোক্লিং-শোকমাং তৌনা পাইরক্লিবা আল-কাগী যক্ষগী মপাওবা, ব্রহ্মাগী কমন্দলুদগী হৈথরকপা লাইজন্না নত্রগা পরশুরামগী তেনদোংদা য়াওরিবা ব্রহ্মাস্ত্ররা? নত্তে, সরদানি সরদা। রামকৃষ্ণগী, চান্নবী তালোরমি তৌইগুমসুং মিত্তদি কালিগী মুর্ত্তিনি।

১৮৫৩ ইং ডিসেম্বর থাগী তাং ২২ দা নোংচুপ বঙ্গগী বাঁকুরা

অপোকপগী মমিংনা শ্রীরামচন্দ্র মুখোপাধ্যায় অমসুং অপোকপীগী মমিংনা শ্যামাসুন্দরী দেবী হায়না কৌই।

সরদা পীশক পীক্লিভৈদগী হৌনা মমাম্নবীশিংগী মকোক থোংহনবা লাকই। মহাক মশাগী চহি মঙা শুরকপা, ১৮৫৯ ইংদা রামকৃষ্ণদা লুহোংলম্মী। মতম অসিদা রামকৃষ্ণদি মশাগী চহি ২৩ শুরে।

মতম অদুগী বঙ্গদেশকী চৎনবী মতুং ইন্না বাল্য বিবাহ (অঙাং ওইনা লুহোংবা) অসি তৌনরম্মী। সরদানা লুহোংবা মতম অদুদদি জ্ঞান তাদ্রি। লাই লাৎপী, কেকু লোৎপী অমসুং লাইফদীবী শাম্নবদা হেন্না পুক্লিং লুপ্লিবা মতমনি।

চহি অমমম্ হৌজিনগা সরদাগী মাইথোংদা মপুং ফাবা নোংম নোংমগী হেনগৎলম্মী। মহাক্কী খজাই অনিদা তঙাংবা মচু, মীনোক্তা শুমহৎপা অমসুং শাজত্তা য়েংনিংবা পোকপনচিংবা হাপকৎলম্মী। মশাগী চহি ১৮ শুরকপা, ১৮৭২ ইংদা মপুরোয়বগী মনাক দক্ষিনেশ্বরদা সরদা লাক্লম্মী।

মতম অদুদা মাগী মপুরোয়বগী মওং মতৌদি সংসারদা লৈরিবা পোৎশক অমত্তা মশক খঙদে, মতম চুপ্পদা মন্দিরগী আসনথক্তা ঙাম্থোই-রিবী, রা ঙাংত্রবী কালিগী মুর্ত্তিদা— "ইমা কালি! পীনৌনে ইমা দর্শন" হায়না অহিং মুংথিল খঙদনা লৈরি। মহাক্না সরদাবু উব-মক্তদা হংখি—"নহাক্না ঐবু সংসারগী লমবেলদা পুশিনগদৌরিব্রা?"

রাহং অসিমক সরদাগী থম্মোয়দা নৈ-নৈদনা চংখিবম্মী। রাহৈহু মক্না মাগী থম্মোয়গী কাচিন-কোয়া থুংনা লাওরকখি —'ঐহাক অশেংবা সহধর্মীনি' অমসুং মচিন্দগী ঙক্লবা পাওখুম অমা থোরকখি,—"ঐহাক ধর্মগী লম্বীদা তেংবাংবা লাক্লিবনি।" মদুনা রামকৃষ্ণগী থম্মোয়দা মঙাল অমা ফাওরক্লুনা সংসারগী জীব থুডিংমক্তা কালিগী মুর্ত্তি উব হৎবগুম তৌরক্লম্মী।

নোংমা সরদা মপুরোয়বগী সেবা তৌদুনা লৈরম্মী। মপুরোয়বগী

খোং লোইনা লোইবা করি খমুরবানো খঙদে মপুরোয়রবনা হংলকই—"ঐহাকপু কাম্বা মওংদা উবিবগে? রামকৃষ্ণনা ইরাই লাইনা খুম-দোরকই—"ঐনা লাংচন্নিরিবী জগৎকী মমাবা ঐবু খোং লোইবিরি; নহাক্তি ঐগী পুন্সিগী লোইনবী নত্তে, জগৎকী মমানি কালিগী মূর্ত্তিনি।" ম্বাহে অসিনা সরদাগী থম্মোয়দা করি ওইহনখ্রগনি? মপুরোয়রবনা মনাই মুপীগী মফমদা অসিগুম্বা পাওখুম পীরবদা করাম ভুইনা খাঙজ-ঙমগনি। সরদাগা মুপীগী জাৎতা পোক্লবীনি। অদুমু সরদাগী থম্মোয়গী লুগুবি, মহুনা মাবু হোংহনবা ঙমলোই।

মপুরোয়বগী অরা-লুংঙাই খুদিংমক্তা করিমু নাচুংদনা সরদাবা শরুক য়ারি। অদুবু লৈকাই ফৌগখোল তারগা মুজা খুবাক কুরোল হুরবোই নোংমতংদদি মপুরোয়বগী মফমদা য়াকংলৈ,—"ইবুংঙো ইচা অমতংদদি পীনবিয়ু, সংসারসিদা করম্বা ইমায় পুন্নুনা লৈমিগে।" "

অমাবস্যাগী থেংলবা অহিং খুদিং কালি পূজা হেক হেক তৌই। অদুগুম্বা অহিং অমদা সরদা মপুরোয়বগী পূজা তৌফম দেবীগী আসন মনাক্তা ফমলি। মুমিত্তুদা রামকৃষ্ণনা সরদাদা হায়রকই—"চংশিল্লকউ, মাংদগী আসনসিদা ফম্মু—" সরদামু ঋা লান অমতা ঙাংদে, মপু-রোয়বগী য়াথং ইন্দুনা আসন মথক্তা ফমলে। রামকৃষ্ণ পূজা হৌরে ভক্তিগা লোইননা খুরুমলে। কনাগী মফমদা কনানা খুরুমলিবা? সরদাগী মফমদা! মনাই মুপীগী মফমদা!! নত্তে, জগৎ মাতা কালিগী মুর্ত্তিদনি।

লৈ তিংথোক্তুনা, মিং লংখত্তুনা অকিখবী শরুকম পুখ্রোকলিবী কালি ইমাগী মতোঙম ইকাইখিগনরী মরনাগীমু ইকাইরা খাক্রবরা শুগত্তুনা লৈ তিংথোকখিবগী মতম লৈখি। ঐ চুমগী চিরানদা ঐ তৈরদা তাখঙম মরদাগীমু ইমামাতকনারা মচু শঙহুনা চিথানম্ম অঙাংবা মচুগা তৌথোই। নত্তে, সরদা খাতানা মিং লোম্মুনা কালি ইমানা

জগৎকী মিত্তা যাহু তৌবনি ; মহু মাগী অশেংবা ভক্ত রামকৃষ্ণতনা মশক খঙবনি।

সরদা অঙকপা গুণ কয়ামরুম চেনবীনি। তমথীরবা হিংচাব-শিংবু লাকশিন্নবা জগৎমাতানা রোং, চাণ্ডি, জয়া, বিজয়া, ভৈবীবী, কালিকা, দূর্গানচিংবা শাইওন কয়া লৌখিবগুম সরদাসু লৌখি। নোংমা শুরু মমলবা দক্ষিনেশ্বরগী লম্বীদা সরদা লাক্লমী। মতমমতু ডাকু ডাকাতি য়াম্না কনবা মতমনি। লম্বীগী খুদোংথিরবা মফমশিংদা ডাকুশিংনা লুমহুনা লৈ। অহুগুম্বা দক্ষিনেশ্বরগী লম্বীদা লুম্নবা খোম্থাং অমনা অমম্বা মরক্তগী লম্বীগী নাকন্দগী হংলকই,—"কনানো নং ?" অদুগা ডাকুহুনা মাগী মাংদা লেপলৈ। সরদা মহুদা জ্ঞান মাংদে। য়াম্না থৌনা ফরবী ভৈরবীগী মূর্ত্তি লৌহুনা হায়খি,— "নচানুপীনি নমাক্কী মনাক্তা চৎকদৌরিবনি।" ডাকু অদুগী মুঙগীথম্মোয় অদু উফুল তানা থুগাইরে ; অনৌবা মখলগী ঈ অমসুং তোংশানা শাবা থম্মোয় অমা সরদাগী রাহৈ অহুনা হাপ্নীবগুম তৌরে।

দক্ষিনেশ্বরদা ময়ামগী সেবা তৌহুনা রামকৃষ্ণগী নাক্তা মতম কন কুইনা লৈরে। অহিং মমৈ ওইরকপদা হৌগত্তুনা মুমিৎ খুদিংগী মালা জপ তৌই অমসুং কালিগী প্রার্থনা তৌই। রামকৃষ্ণনা থুপঞ্জবদা মহাক জগৎ পুম্বগী সেবা তৌহুনা লৈহৌবগুম তৌখি।

পরমহংসনা নোঙ্গাঞ্জবা মতুংদা সারদা অরাং ভারত অমসুং খা ভারতকী মরুওইবা তীর্থ পুম্বা যাত্রা তৌখি। বৃন্দাবন, হরিদ্বার, কাশি, রামেশ্বর পুরিনচিংবা তীর্থ য়ৌখি।

সরদা জগৎ পুম্বগী মমানি। মহাক্কী মফমদা জাতি, বীজাতি থাইদে, অচৌ-মচা নাইদে অমসুং খেন্নবা লৈতে। নক্লবা থাপ্নবা, লাইর'-ইনাকখুনবা মাগী মফমদা চপ মান্নে।

শ্রীমা সরদা ১৯২০ ইংগী জুলাই তারিখ ২১ দা তাইবংপালদগী অল্লোইবা বীদায় লৌখি। আমেরিকাগী সিষ্টর নিবেডিতানা শ্রীমাগী

মরমদা হায়খি— "To me it has always appeared that She is Ramkrishna's final word to the ideas of Indian womenhood."

---

# স্বামী বিবেকানন্দ

শ্রীগুরুমায়ুমবম প্রেমকুমার শর্ম্মা



পুন্সি অসি লানফমনি। হিন্দু ধর্ম্মনা মরায় চাইথরক্লবা মতমদা ১৮৬৩ ইংগী জানুয়ারী থাদা স্বামী বিবেকানন্দ পোকখি। স্বামী' বিশ্বনাথ দত্তগী মচানিপা অহলনি। থোইদোক্না কলিকতাগী শিমলাপল্লীদা মচিন ভোংবা অমসুং মপান ফবা মী অমনি। স্বামীগী মমা বনেশ্বরী দেবী লাইনিং চেংপী অমসুং ভক্তি চেনবী নুপীনি। বিবেকানন্দগী, মপানা থোনবা মমিংদি নরেন্দ্রনাথ দত্ত কৌই।

বিবেকানন্দনা পী।কলিঙৈদা মতম থন্না মমুমদা ওজা নাইনা লাইরিক তমলে হায়রগা মতুংদা মেট্রোপোলিটান ইনষ্টিটিউত্তা অহানবা স্কুল তম্বা হৌই। পীকলিঙৈদগী মপা মত্ত ফনা হৌরকই নহা ওইরিঙৈদগী মথামবশিংগী মকোক থোংহনত্তা লাকই।

রাখাল মায়া থনবা মীতা অমা ওইনা বিবেকানন্দ হৌরকই।

মখুৎনা কুপ্পা চাং য়েংদ্রিবা ফাওবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তবু মানা তরাই তবাই লৌশিন্দে। মহাক্না পীকলিঙৈদা নোংমা মপা ইবুংঙো বিশ্বনাথদত্তগী জাৎ খুদিংগী ওইনা থমলিবা হিদাকফুশিং অমুমম ওইনা মচিন্না চুপ্পুনা য়েংথোক্লম্মী। মতম অসিদা মপা চংলক্লুনা করি তৌরিবনো হায়না হংলরে। মতু তাবদা বিবেকানন্দনা খুম্লকই, "জাৎ খাইদ্রবদি করি থোকপগে হায়না চাং য়েংলিবনি।"

নরেন্দ্রনাথনা এফ, এ (আই এ) তমলিঙৈ মতমদা শিমলাপল্লীদা ঠাকুর রামকৃষ্ণ লেংলকখি। মুমিং অসিদা নরেন্দ্রনাথনা শকপা ইশৈ তারুবদগী পেল্লহুনা, মহাকপু নোংমা দক্ষিণেশ্বরদা লাক্লুবা হায়জরম্মী। অদুবু নরেন্দ্র মহাক্কী থবক চিনমনখিবনা দক্ষিণেশ্বর চৎপগী রাখল অদু কাওথোকখি।

নরেন্দ্রনাথ পীকলিঙৈদগী অচুম্বা পাম্বা মীশকনি। মহাক্না অচুম্বা হায়বা অসি করিনো খঙ্গে হায়না কম্না তাল্লি। অদুগা লোয়ননা ঈশ্বর হায়বা অসি করিনো হায়না খঙনিংলকলে। অদুবু কনা অমত্তনা ঈশ্বর হায়বা অদু অসিনি হায়না তাকপা ঙমদ্রে। মমৈথংদা মখোয়গী য়ুমদা লৈবা রামকৃষ্ণগী শিষ্য রামচন্দ্র দত্ত কৌবা অমনা নরেন্দ্রনাথকী মপুক্লিংগী রা খঙলবা তুংদা হায়রকই, "নংনা থাঙ্গেশেংনমক অচুম্বা খঙনিংলবদি থুনমক দক্ষিণেশ্বরদা চৎলু।" রা অদু তাবগা মতম ইকুই কুইদনা মাগী মরুপ মপাং খরগা লোয়ননা দক্ষিণেশ্বরদা লাকলে। মহাক্না মফম অদু য়ৌরকপদা রামকৃষ্ণনা মহাকপু ইমুং মমুংগী মীদোনা অমসুং কুইনা খঙন-চান্নরক্লবা মীগুম্না তরাম তরাম তকলম্মী। রাম-কৃষ্ণনা মমিত্তা মপি শিন্থরহুনা, মশা তুজুংনা হায়রকই— "নং অসুক কুইবসি ঐবু করম্না কাওথোকলিবনো? ঐদি নং লাকনি হায়হুনা লম্বীরোমদা য়েংহুনতা লৈ। সংসারগী মীশিংগা ওনশিন্নহুনা রা ঙাংন-বদগী ইচিন অসি মৈনা পোকলে, অদুবু ঙসিদি নংগুম্বা অশেংবা

জ্যাগী অমসা রাম্রী শাস্ত্র কংবসিন্না-শান্তি ফংলে।" মইমথংদা ঠাকুরনা অমুক মন্দুং পোক্নরদুনা হায়রকই— "ঐ খঙই, নংদি সপ্তর্ষিমণ্ডলগী ঋষি অমনি— মীগী শায়োন পূবা নরায়ননি জীবশিংগী য়াইফনবগী দমক্তা মীওইবগী শায়োন পৌরিবনি।"

নরেন্দ্রনাথনা খনকই— "ঐদি বিশ্বনাথদত্তগী মচা নরেন্দ্রনাথনি ঐবু হায়রিবা রাশিংসি করিনো! নিপা অসিবু ভাওরবয়া ?" মথৈ-থংদা মহাক্না খঙবা ঙমলে, মহাক্না ভাংলিবা রাশিংগী মরমদা য়াম্না থুম্নবা পোৎশক অমা লোৎতুনা লৈরি হায়বা।

নরেন্দ্রনাথনা অনিশুবা ঠাকুরগা উম্নবা মতমদা, মহাকপু মনাক্তা ফমহল্লগা ধ্যান তৌরমম্মী। ঠাকুর ধ্যানদা লুপথিদুনা তম্না তম্না নরেন্দ্রনাথকী তম্বাক তম্না খোঙ তিংখোরকই। মতাং অসিদা নরেন্দ্র রাখলনা লাম্বা ফংত্রবা অহোংবা অমা মতোম্দা থোক্লরে! মমিংমা য়েংনা য়েংনা য়ুম অদুদা লৈরিবা পোৎ পূম্নমক মাংশিল্লকলে। মহাক মশামকসু মসিদা তিনখিবগুম তৌরে। মসিদা কিরদুনা নরেন্দ্রনা লাওরকই—"কৈনো ঐগী ইমা ইপা লৈরি, থাদোকপা ঙমলোয়" মতাং অসি মহাকী রাখলনা লাম্বা ফংদবা ওইনা থোকখি।

নরেন্দ্রনাথতি ও.স্থাকপা মীনি। মাগী গুরুবু অয়োইয়া মিক্নুপ ফাওবা চিংনবা মিৎয়েংনা কুপ্না পরিক্ষা তৌদুনা চাং য়েংই। অদুবু থম্মোয়দদি ঠাকুরবু নিংই। নোংমসু মানা হায়খি— "যুংশি হায়দুনা লাকলিবনি নংনা ঙাংবা তানবা লাকপা নত্তে।

নরেন্দ্রনাথনা বি, এ পরিক্ষা থাদ্রবা তুংদা মরূপ অমগী মহুমদা ইংশে তৌদুনা হল্লাওরম্মী। মতম অসিদা নিপা অমা লাক্নুনা মপা শিরকী পাও লাকম্মী। পাও অসি তেক্ক তাবগা নরেন্দ্র-গী থাজমগী মতুমদা হাকলম্মী। মপানা শেন য়াম্না তাম্রম্মী; অদুবু পীথোকপা য়ামেংবা লৈতরম্মা শেল অমত্তা তুংশিন্নমদ্রে। মরম অদিনগী মপাগী

শ্রাদ্ধ নচিংবা লোইরবা তুংদা চাকরী তৌহুনা লেনবা তারম্মী পীক-লিবা মনাওশিং অমদি মমা লুপ্রাবীবু য়েংবদা নরেন্দ্রনাথ অরা ঈপাক্তা ঈরাক্লরে। মসিগুম্বা মতম অসিদা ঈশ্বরবু থাজবা খরা কোমথোরক্লে। নোংমদি মানা তুম্বা হৌগংলকপদা ঈশ্বরগী নাম শোল্লম্মী। মসি তাবদা মমানা লাওরকই—"তুমিন লৈয়ু নিপামচা ভগবান, ভগবান শোন্দুনতা লাক্লে; ভগবান্না ফনবা তৌবীরেদনা ?" মমাগী রাহৈশিংসি তাবা নরেন্দ্রগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম তৌরে। মপুক্লিংদম্ ঈশ্বরগী থৌজালগী মরিদা চিংনবা অমা পোকলে।

নরেন্দ্রনাথ থোইদোক্না মুত্তি কন্না য়াদবা মরাচেৎপা নিরাকার-বাদীনি। মুর্ত্তি নাইবা লাইদা মহাক করিগুম্বা অমত্তা থাজদে। নরে-ন্দ্রনাথ অমুক হন্না ঠাকুরনা কৌবদগী দক্ষিণেশ্বরদা লাক্লে। নোংমদি সংসারগী অরাবা পোৎলুম পুবা ওল্লক্লহুনা ঠাকুরদা হায়ক্লরে—"ইমাগা, ইনাও অমসুং ইচনশিংগা অয়ুক নুংদাংগী চেং খুয়া অমমমদং ফংননবা ইমাদা হারজবা তারে।" ঠাকুরনা হায়রকই—"ঐদি ইমাদা কৈদৌ-ঙৈদস্ পোৎ অমত্তা নিদে অহুবু নখোয়গী অরাবা কোকননবা হায়জ-ক্লই, অহুবু নংনদি ইমাবু থাজদে, অহুনা ইমানা তাবিদে।" মমৈথংদা ঠাকুরনা হায়রকই—"ফরে, ওসি অহিং ইমাবু খুক্ম্মু, নংনা অপাম্বা পুন্নমক ফংগনি।"

ওসিদি নরেন্দ্রগী মমাংদা অকনবা পরিক্ষানি। ঈরাৎলিবা নুংগী ইমা অসি য়েংলগে হায়হুনা চিক্লবা অহিংদা কালি মন্দিরদা চংলকলে। মহাক্না মফম অহু য়ৌবদদি লৈরম্লিবা মুত্তি অহুনা কিগনু হায়বগী মওংদা মোমোন নোক্নুনা লৈবগুম উক্লরে। নরেন্দ্র, হান্নগে নিংলম্বা পুন্নমক কাউক্লে। মুর্ত্তি অহুনা শুম্মৎক্লে। ভক্তিনা থুম্মৎলবা খোঞ্জেলনা ইমাদা নিরকই—"নংগী কৃপাদগী নংবু তৎতনা উজবা ফংজগে, ঐঙোন্দা বিবেক বৈরাগ্য ভক্তি পীনবীয়ু ইমা।" হল্লকলগা ঠাকুরনা হংবা মতমদা খঙলে। মহাক্না তৌক্লরিবা অসি করিনো, য়ুমগী অরাং অপা নিনি

হায়না চংলগা। অছুমক হন্না কালি মন্দিরদা চংলে অছুবু অৱাং-অপা নিবগী মরোল অমত্তা খোরক্কে। মমৈথংদা ঠাকুরনা হায়রকই, "নংনা নিজৌ হায়বা য়াত্রবনিনা সংসারগী ভোগ অসি নঙোন্দা তন্নমগ্রে অছুবু ইমুং মনুংগী শেংন-চানবদি ৱাংলোয় !" নরেন্দ্রনাথকী পুন্সি অসি হৌজিক্কগীদি অচৌবা তাক্কক অমা চংশিল্লক্লে।

নরেন্দ্র অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ধ্যান তৌগল্লি। করিগুম্বা ৱাকম অমা থনবদা ধ্যান্দা হেক্তা লুপখি। মসি মমা পুকনুংগী লোয়-নরকপা ওইরমাল্লে। করিগুম্বা মতমদসু পঞ্চবটি মখোংদা চংতুনা অহিংদা ধ্যান তৌরুই। বৈরাগ্যগী ঈহৌনা কনশিল্লকলবা মতমদনা বুদ্ধ গায়াদা চংলি। মফম অসিদা বুদ্ধদেবনা সমাধি ফংখিবা বোধি খোংনাং মখাদা ফমতুনা ধ্যানগী খোইরাংবা কোক্করুই। ঠাকুরগী পুন্সিনা লোয়রমদাইদা নোংমা নরেন্দ্রদা হায়রম্মী— "য়েংঙৌ সাধন তৌবদা ঐশ্বর্য্য নিপানগী মঙাল ফংই মসি ঐনা করিগুম্বদসু শিজিন্নদে, মসি নং লৌ কান্নবা ফংগনি।"

নোংমা নরেন্দ্রনা ধ্যান তৌবদা সমাধিদা লুপখ্রে। য়াম্না কুইরবগী তুংদা ধ্যান কাথরক্লে। নরেন্দ্রগী থম্মোয় অছু শান্তি অমসুং ব্রহ্মানন্দনা পীক থনখ্রে। মহাক্না ঠাকুরবু খুরুম্নকপা মতমদা ঠাকুরনা হায়রম্মী "হৌজিক মতম খরগীদমক শো পীবনি, শোদি ঐগী খুৎতা লৈগনি, থবক লোইরগা শো হাংদোক্কনি।" রামকৃষ্ণ ঠাকুরনা শিরমদায় ফাওবা চিংনবা অসি কোকত্রি। মহাকপু তশেংবা ভগবান্নি হায়বা মতম অছু ফাওবদি লেপ্পা ঙমত্রি। নরেন্দ্রগী পুক্নিংদা অসুক য়াম্না চিংনরিঙৈদা ঠাকুরনা হায়রকই—করিনো নরেন, নং হৌজিক ফাওবা থাজত্রিবরা ? রাম—কৃষ্ণ অনিনা অমত্তা ওইনা রামকৃষ্ণ ওইনা লাকপন্নি অছুবু নংগী বেদান্তগী মিৎয়েংদদি নত্তে।" ৱাসি তাবদা নরেন্দ্রা খঙ্‌প্রেক খঙ্‌ই। ইকাইবা অমসুং অৱাবগা লোয়ননা মক লুকখি।

ঠাকুরনা শিববা মতুং থবা লৈবগা নম কোকনমী। মহাত্মা হিমালয় চাংথোক্পী তির্থশিংহু দশন তৌকবগা তালোরক্লা ১৮৯১ ইংদা থুংলয়ে। থকম অসিগী নিংথৌনা নরেন্দ্রনাথপু ভবাম ভরাম ওকপী। নোংঅদি নিংথৌ অসিনা নরেন্দ্রদা হংলমী—"য়েংবীযু স্বামীজী ঐদি মূর্ত্তি পূজা করি অমত্তা থাজদে, মসিগীদমক ঐবু করি'— অয়াবা তাগদাগ?" হায়দা তাবদা স্বামীজিনা হায়রকই—"তাকপীয়িবসি কান্না তৌবরিবরা? মসিগী মতুংদা নিংথৌনা হায়রিবা অহু মপুক্লিংগী অশেংবা য়ানি থঙ-অবদা হায়রকই ইনাবা থাজনা মওংদা লাই নিংজবরু করি অকায়বা লৈবগে? করিগী শাস্তি ফংগাদগে?"

নরেন্দ্রনা ফোটো অমদা ওনশিল্লগা হায়রকই—"মসি মহারাজগী ফোটো ওইরবরে?"

মন্ত্রী লৈরবা দেওয়ান অমদা হায়রকই— "ফোটো অসিদা নত্তিন শিংচিল্লু।"

কনাগুম্বা অমত্তনসু মতুদা তিন শিংপা ওয়মদে। মী অমত্তনা তিন শিংচিল্লু হায়বা য়াদ্রে।

মতম অসিদা স্বামীজীনা হায়রকই,—"য়েংবীযু মহারাজ ফোটো অসি অশেংবা মহারাজমক্তি নত্তে, অদুবু অমরোমদদি মসিদা মহারাজগী শকক থরদি য়াওরি। মরম অসিনা ননাইশিং অমত্তনা মসিবু উশিং থৌওইদবা তৌদে। ভগবানগী বিগ্রহ মুর্ত্তিদসু মপান নাইত্রবা মগুণ থরদং কোংদোকপা মওং অমনি। ভক্তশিংনা মসিদা ভগবানগী মতাম মশেক থরদং উত্থনা মূর্ত্তি অদুবু পূজা তৌই। করিগুম্বা মকম অমত্তদসু নবু ঐমা ইবাংথৌ হায়না হুংদা হায়বা থেংনরকত্রি।"

কঁকপা য়াত্রবা স্বামীজীগী পাওখুম তাবদা মহারাজগী পুনিদসু নাংজবা অমা পুরকখি।

"নোংঅদু জয়পুরগী নিংথৌনা স্বামীজীদা হংখি— "স্বামীজী, পূজা অসি করিনো?"

থীনিজ্জা স্বামীজীনা থুনখি—"মন্থুংদা যুমফম্না লৈবা শক্তি অমমম্না মাগী ওইবা মওংদা কোংজোক্লবা হোৎনবদা মপানগী প্রকৃতিনা শক্তি অহুবু নমথনবা কন্না হোৎনরি—মসিবু পুন্সি কৌই।")

স্বামীজী মথং মথং ওইনা ভারতবর্ষগী মফম কয়াদা লেংলমী। মমৈথংদা মাদ্রাজদা থুংলমী। মফম অসিগী নহারোলনা স্বামীজীবু তরাম তরাম ওক্লমী। চিকাগো সহরদা তৌগদৌরিব পৃথিবী পুম্বগী ধর্ম্মগী চাওরবা সভা অমদা স্বামীজীবু ভারতকী মীহুৎ ওইনা থান্নবা রাশক লৌরে। স্বামীজীসু মতম চানা শ্রীশ্রীমাতাজীদগী (ঠাকুরগী মুপী) য়াথং নিহুনা, ১৮৯৩ ইং মেগী তাং ৩১ দা লৈঅং শেংপা ভারতকী সন্ন্যাসী অসি আর্মেরিকা চংনবা বোম্বে তাম্না খোংশানলে।

হৌজিক্তি য়ৌনক্রে স্বামীজীনা মতৌ করম্না হিন্দু ধর্ম্মগী চাউরবা মফম অমা পৃথিবী পুম্নমকী মমাংদা কন্দুনা থম্নবা মতম অহু। মতাং অসিদনি স্বামী পৃথিবী শিনবা খুংনা শকখঙনখিবা অমসুং হিন্দু ধর্ম্মবু মীপুম খুদিংনা ইকাই খুম্নখিবা।

স্বামীজী ধর্ম্মগী সভা য়াওরুনবা ভারতবর্ষদগী খোংশানখ্রে। লম্বীদা মহাক্না জপানগী নোম্বা কনবা অহু উক্লবদা মহাক্কী থম্মোয় শুক্কাংখি। মহাক্না মতম অহুদা চিঠি অমদা অস্থুম্না হায়রকই, "নখোয় করি তৌরিবাগে ? লাও মখোয়শিবু য়েংলো লাও, নখোয়দি পুন্সিচুপ্পা য়ারেম ঙাংহুনতা লৈ। নখোয়না মখোয়সি উরবদি নমাইহু থক্কম লৈরোই। নখোয়দি যুগ যুগকী ওইদবা কুসংস্কারগী পোংলুম পুহুনা, জাং বিজাং থায়হুনা লৈরে। করিশু লৈতবা থবক্তা নশাগী নথৌ তৌদবা য়েংনহুনা লৈরে।"

নিপা ওইনা চোংথোরকুনা জাতি পুম্বনা চাওখৎপগী লম্বীদা [illegible] য়েংলো লাও। নখোয় মীওইববু মুংশিবরা ? নরেবাকপু

হুংশিবরা ? মপান থোরকউ—থরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা ঐখোয়স্থ চাও-খৎনবা হোৎনসি। তুং হন্না য়েংলুনা, শাগৈ নাতৈ, ইমুং মন্নুং কপচশন্না মাংদা য়েংউ। ভারত মাতানা অসিগুম্বা পাখং লিশিং পাম্মী। নিং-শিংউ মী পাম্মী শা পামদ্রে।"

স্বামীজীনা চিকাগো য়ৌবা মতম খওলে, ধর্ম্ম মহাসভা হৌগদবা থা অহুম রাৎলি। অদুগা মফম অদুদা মহাকস্থ য়াওনবগী খুদোংচাবা অদু উবা ফংদ্রে, মরমদি মহাক্তি বার্ত্তন ফংদবা হিন্দু ধর্ম্মগী মীহুৎনি। মরক অসিদা মাগী য়াওরম্বা শেলশিংস্থ লোয়খোকল্লে। অদুবু স্বামীজী থরায়দি করিমত্তা হন্দে। মানা চিঠি অমদা ইরকখি –"মফম অসিদা য়ৌত্রিঙৈদা ঐনা খল্লম্বা সনাগী মং অদু কায়রে। মফম অসিদা ওইথোক্তবা পরেং অমগা লাম্থেংনরে। ঐহাক্না চামরক হন্না মফম অসিদগী চৎশ্রসিরা হায়না খল্লি। অদুবু ঐনা লম্বী অমত্তা উদ্রবস্থ ভগবানদি লম্বী পুম্নমক উরিবনি। অদুনা ঐহাক শিরবস্থ চংলবস্থ নিংলিবা অসিতদি থাররোয়।

স্বামীজী মতম খরদি মফম অদুদা ল্লানা লেল্লে। মমৈথংদা পুকচেল চাওবী হন্নুবী অমা বোষ্টো সহবদা থেংনরে। মহাক্কী ময়ুমদা মতম খরা অতিথি ওইনা লৈরে। মুপী অসিগী মতেংনা পরিচয় পত্র ফংহুনা স্বামীজী অদু পুরহুনা চিকাগোদা অমুক লাকলে। মফম অদুদা অমুক য়ুম থুংফম খওদ্রে। মফম অদুদস্থ চংজফম ফংদ্রে। ইস্থমথাগী ইংলবা মতম অসিদা নোংমদুগী ওইনা স্বামীজী রেলরেগী মালগুদামদা প্যাকিং উপু অহাংবা অমদা চংহুনা থুপ্লে। উন্না অতৎপা লৈতনা মতুম মতুম তারকলি। ফী অথাবা অমত্তা য়াওদবনা স্বামীজী নিংথমবনা মশা পুম্বা পংথল্লে। ল্লানা অহিং অদু লেল্লবা তুংদা অরাম খৌরাংবনা ভিক্ষা নিবা হৌরল্লে। ভিক্ষাগী মহুৎতা থওই উশিত্তবা অমস্থং অথিবা মীচৈ ফংলে। মতম অসিদা পুকচেল চাওবী মুপী

অমা থেংনহনা স্বামীজীবু ধর্ম্মসভা য়াওনবগী থৌরাং শুম্বা শীমবীরে। মুপী অসিগী ময়ুমদা স্বামীজী অতিথি অমা ওইনা লৈরে।

১৮৯৩ ইংগী সেপ্তেম্বরগী তাং ১১, নিংশিংবদা মতিক চারবা নুমিৎনি। স্বামীজীগী পুন্সি অমসুং ভারতকী য়াকাইয়োমদা নুমিৎ অসি পুন্য চেনবা তিথি অমনি। নুমিৎ অসিদা ধর্ম্ম সভা ক্ষম্বা হৌই। সভা অত্থদা আমেরিকাগী খণ্ডলবা লাইরিক হৈরবা মুপা মুপী লিশিং তকক-তরেৎলোম ক্রক, ক্রক ইম্মনা ফমলি। প্ল্যাট ফোর্ম মথক্তা পৃথিবী মফম পুম্নমক্তগী লাকপা মীহুৎ ময়াম ফমলি।

স্বামীজীগী মতাং লাক্লে। মহাক্কী থম্মোয়দা হায়নিংঙাই-লৈতনা থক থক নিকলক্লে। পুক্লিংদা ফাওবা কিরক্তুনা তোক্লগ ফাওবা খল্লকখি। মী খুদিংমক্তি মানা মানা ঙাংগদবশিংত্থু ইহুনা পুরকই। অহুবু মাগীদি কদায় অপংবা মীদৌনা কয়িশু পুরক্কে। স্বামীজী য়া ঙাংগদবগী সরস্বতী দেবীবু প্রনাম তৌরগা থোরক্লে। মহাক্কী খমজোল উবদা মীপুম খুদিংনা য়েংনরি।

অহানবা ওইনা য়া ঙাংবা হৌবকই,—"ঐগী মুংশিজরবা আমে-রিকাগী ইচন ইচে অমদি ইচিন ইনাওশিং" য়াহৈ অসি হায়দোরকপদা মাইগৈ খুদিংদগী মিনিট অনিথোমদি খুবাক প্রোক প্রোক খুবকখি। ময়াম খুবাক খুবা লোয়ববা তুংদা য়া ঙাংবা হৌরে। স্বামীমা য়া ঙাংবা লোয়বগা হকচাং অত্থ চোকথত্থনা কমথক্লে। মথংগী নুমিৎতা খবর কাগজদগী খণ্ডবা ভমলে মত্থদি স্বামীজীনা ঙাংখিবত্থু মীপুম খুদিং-মক্কী থম্মোয়দা ক্ষাওই। আমেরিকা খুদিংমক্কা মহাকপু মশক খঙলে ফাওরবা টীকাকার শ্রীধর স্বামীনা য়ায়া চুম্না হায়রম্মী—"মুকং করোতি বচালং।" হে ঈশ্বর, নংনা লোম্থোকবা অমবু অচৌবা বক্তা ওইহনলে। আমেরিকাদা স্বামীবু ঈশ্বরগী মিংলেন য়াইকবা ওইসনু। স্বামীগী বক্তাদা সাইক্লোনিক হিন্দু হায়না থোক্লে। প্রচার অসিগী কলনা

মী কাংবু অমা স্বামীগী শিষ্য ওইরে। স্বামীনা আমেরিকাদা লৈরিঙৈদা "সন্ন্যাসীগী ইশৈ" হায়রবা কবিতা অমু ইখি।

স্বামী পৃথিবী মফম অতৈ অতৈদসু প্রচার তৌবা হৌরক্লে। মফম খুদিংদা শিষ্য মশিং য়ামখৎলক্লে।

নোংমা ইংলণ্ডগী মরুপ অমনা হায়খি—"মতম কুইনা নোংচুপ লোমদা চহি মরিরোম লৈরুবা তুংদা স্বামীজীগী পোকফম অমু হৌজিক করি ওইনা উগনি?"

স্বামীজীনা খুম্নকই—"নোংচুপ্তা লাকত্রিঙৈদা ঐ ভারতপু নুংশিরম্মী। হৌজিক্তা ভারতকী উফুল রাইফুল ফাওবা ঐগী ইফমদদি অশেংবা ওইরে, ভারতকী নুংশিৎনা ঐঙোন্দদি খ্বাইদগী হেন্না শেংই, ভারত অসি হৌজিক্তি ঐগী অথোইবা তীর্থ ওইরে।"

নোংমদি থাবন্না, ঈপোম হৌরবা, সন্ধ্যা য়াচংবদা মতোমতা লেপ্তুনা লৈরমই। নিংথিরবা থাবল ফরবা অহিংবা লুপাগী মঙাম্নি মথক্তা সনা মচু মানবা পুর্ণিমাগী থাজনা মোমোন তৌবা দৃশ্য অসি য়েংবদা পুংমুন মুনখিদুনা মখুং থাঙৎলগা হায়রকই—"কবিতাগী মরু মাংদা শব্দোক্তা তাদুনা লৈরে—কবিতা পাত্রবসু য়ারে।"

অসুম্না, পৃথিবী মফম কয়াদা চৎতুনা ধর্ম্মনা জয় তৌদুনা মাই পাকলে। স্বামীজী মতম পূম্বা প্রচারদা তৌদুনা লৈবনা হকচাং অমু য়াম্না শোক্লে। অরোয়বা মতম লাকলে। ঠাকুরগী মপোক নুমিৎকী উৎসব নিংথিনা পাংথোকলে। অদুবু মহাক্তি য়াওবা ঙমদ্রে। স্বামীজীনা নোংমতসু থবক তৌদনা লৈরমদে। শিগদবা নুমিৎ অদুসু নুমিৎয়ুংবা অদুরাইদা ছাত্রশিংবু ব্যাকরণ তম্বীরম্মী। অদুগা নুমিদাংবাইরমসু স্বামী প্রেমানন্দগা রারী শাদুনা কোয়থোকলম্মী, স্বামীজীনা খল্লম্মী—"মানা হিংলিঙৈদা মীওইবগী করিগুম্বা খরদং কাম্নবা তৌবা ঙম্নবদি মহাক শিঞ্জবসু য়ারে।" অদুবু অরাবদি ১৯০২ ইংগী জুলাইগী তারিক ৪ দা নুমিদাং পুং ৯ লোম তাবদা স্বামী নোংগাঞ্জে।

# মার্কো পোলো

শ্রীচোংথাম রাজেন সিংহ

১২৫৬ ইং মরাদা থাপপ্রকা ভেনিসতগী প্রলোমবা পোলো শাগৈগী মচিন মনাও অনিথক নিংথৌরেল কুবলাইখাংগী দরবারদা চংলক্লমই। নিংথৌরেলনা অহাম্বা ওইনা ইউরোপকি ললোনবশিংবু উবদা য়াম্না হরাওরমই। মরমদি মহাক্না খৃষ্টধর্ম্মগী মরমদা খঙলিংবা পাকম কনা লৈরমই অমসুং ইউরোপকি নিংথৌশিংগসু মরুপ শামবা পায়রমই।

মতম অদুদা নিংথৌরেল কুবলাইখাংগী লৈবাককি শরখৈ মৌনা পাকপা লৈপাক অমত্তা পৃথিবীদা লৈরমদে। ভারতবর্ষগা আরবকা য়াওদনা মাইকৈ অনৌবোমদা পারসা, তেহরান, ভুমধ্যসাগর রেক সি, কাস্পীয়ান সি অমসুং রাশিয়াগী মচেং খর শোকই অদুগা অতোপ্পা মাইকৈদনা বর্ম্মা, শ্যাম, চীনা, মঞ্চুরিয়া, বঙ্গোপসাগর, চীন সাগর, য়েলোসিনা কোল্লি।

চহি কয়া নিংথৌরেলগী মনাক্তা লৈরকবা মতুংদা নোংমা কুবলাই-খাংনা পোলো মচিমনাও অনিবু মযুমদা চংলকবা য়াথং পীরমই। অদুগা মরকপগী লাক্লুদা জেরুসালেম চংদুনা খৃষ্টগী মোংফমদা থাম্লিবা থাংমৈ-মুদগী শেংলবা থাও অমত্তু খজিক্কুং পুবিবকনা হায়জরমই। মসিদসু মতুনা ইউরোপকি ধর্ম্মগুরু মরিগুবা পোপ ক্লিমেন্টতা মাগী প্রজাশিংগীদমক্তা ধর্ম্ম শন্দোক্লনা মী খর থাবিরকউ হায়বসু চিঠি ইখিরমই। অদুম্মা জাহাজ অমদা তোংদুনা নিকোলো পোলো অমসুং মেফিয়োলোচা মচিন মনাও ভেনিস হিথাংলকদা খুৎলমই।

মখোয়গী শাগৈ নাত্তে পুম্নমক মাবু মতম কুইনগী তুংদা মখোয়বু অমুক হন্না উরবদা হরাওবগী শরখৈ লৈরনদে। মরক অসিদা নিকোলো

পোলোগী মুপী শিখিরম্লে। মাগী মহুত্তা চহি তরামঙা অমুক্তা ঙাই-রিবা ফজববা মুপা মচা অমা মাগী ময়ুমদা লৈরম্লে। অঙাং অদুগী শাবান অদু মহাক্কা মাম্নমনখিন্নুনা নিকোলোনা মাগী মচা ওইরমগনি হায়না খল্লকই। অঙাং অসিবু কনানো? মসিনি ঐখোয়গী ম্নারী অসিগী মক, ময়ায় ওইবা যুগকী ফাওরবা লমকোয়বা, মখল মখলগী লোলদা হৈশিংবা, মরৌশিং চাওবা মার্কোপোলো হায়বদো।

চহি অনি অমুক পোথাববা মতুংদা ১২৭১ ইংগী ময়াদা নোংমা অয়ুক অঙৰদা মার্কো, নিকোলো অমসুং মেফিয়ো পুন্না ভেনিসকি হিথাংফমদগী জাহাজ তোংখিরমই। হন্দক্কী মার্কোগী খোংচৎ অসিদগী পাক চাওরবা এশিয়া মহাদেশকি মনুংদা খঙনব্রিবা ম্নাফম কয়া পৃথিবী মীপুম খুদিংদা খঙহল্লমই। ভুগোলগী মরমদা নত্রগা ইতিহাসকি মরমদা মার্কোনো পুথোক্লম্বা মচাকশিংত্থু তুংগী মীওইশিংদা ইনৌ নৌবা ঙাক্তনি।

লম্বেলদগী মখোয়না নিংথৌদা কৎনবা পোৎচৈ অমসুং জেরুসা-লেমদগী থাও খরগস্থ পুরমই। ঈশিং লম্বেলদা অসুম লাকপনা লায়াস হিথাংফমদা থুংলমই। লায়াসকি মশামক্তদা মাইনর আর্মেনিয়া লৈ। মফম অসিদগী মার্কোখোয়গী কংফালগী খোংচৎ হৌগদৌরিবনি। এশিয়া মাইনরগী মথক্তা আর্মেনিয়া লৈ। মফম অসিরাইগী চীংশিংদা অশাবা ঈশিংগী ঈফুৎ য়াম্না থেংনরমই। তাতারগী নিংথৌ মচাশিংনা মফম অসিদা দরবার ফমই। মফম অসিদা চাওরবা চাঁদিগী খনি অমা লৈরমই। মফম অয়াম্বা চীংগী চীং ঙাক্তনি। আর্মেনিয়াগী খা নোংচুপতা কুর্দিস্থান অমসুং অরাং নোংচুপ্তা জাজিয়া লৈ। জর্জিয়া য়ৌরকপা ফাওবদা মখোয়দা থোইদোকপা অন্নাবা অমা লৈখিদে। নিংথৌরেল কুবলাইখাগী চে য়াওবদগী অয়াম্বা মফমদা কাম্নবা য়াম্না ফংগ্রে।

মফমতুগী নিংথৌশিংনা শগোল তোংবাশিংগা ঙাকশেনবশিংগা কোম্বনা মাগী ঙমখৈ ফাওবা থিন্দোকপিরকই।

জর্জিয়াগী লম্বেলদা লম্বা উমং অমগী ময়াদা থেংদোকখিদুনা ডম্বুর খলহল্লমই। ঙাইহাক্তং মখোয়না পোথাদুনা লৈরিবৈঙেদা শগোল ময়ামদু হৌনা হৌনা খোংবা তারমই। করি তৌরবগে হায়দুনা মখোয়না ডম্বুরদগী চেম্বোরক্লুনা য়েংবদা মখোয়গী শগোল অমগা গাধা অমখক্তা নোংথক্তা পাইখৎপা উরমই।

মার্কোগী মপাগা মথুরাগনা কম্না লাউরকই— থুনা শগোলপা গাধা ময়ামদুগা ডম্বুরগী মনুংদা হোইজিল্লু! হায়না হায়না অমুক্তা ময়ামগী মমাংমক্তগী চীংয়াদগী লংজা অমা পাইশিল্লক্লুনা শগোম অমা মখোংনা চপ্পুনা চেনখিরমই। থৌদোক অদু কাংবু অদুগী মী অয়াম্বগী মফমদদি য়াম্না অকিবা ফংলবস্থু মার্কোদদি য়াম্না নুংঙাইনা থোক্লুম্রে। অহিং অদু মীপাইদুনা কনামত্তা নিংথি নুংঙাইনা তুম্মদ্রে। নোং অকলা মীনাই কুল্লাউনা চাক থোংনবা হোৎনরমই। ময়াম পূম্নমকস্থু তুম্বা হৌগংনদুনা পোংচৈ য়োমশিল্লে। মতম অসিদা কুল্লাউমা থাজংলিবা চফু অদু মৈ হৌবাক্ল। ময়াম চংদুনা য়েংনৈ ঈশিংদগীনি হৌরক্লিবছু। চুম্নগী ঈশিং নত্তে খংলদুনা মার্কোনা কুল্লাউ পুরক্লুনা ঈশিং মফমদু তানা চংল্লে। মদু উবমক্তদা লৈরিবছু ইতোপ তোপ্লা পোং অমনি হায়বা চপা চানা খংলমই। মসিগী মতুংদগীদি পোংশক অসিনা মৈ থাগৎতুনা থোং থাকপা তৌরমই।

জর্জিয়াগী মনাকনক্লা আর্মেনিয়াগী মথাদা, পারস্যগী মথাদা অমস্তুং কাস্পীয়ান সিগী নাকয়েত্তা মফম কয়াদা মতম অদুদগী অসি-গুম্বা পেট্রোলগী ঈফুং অসি লৈরমই।

চীংগী মশাদা করি করিগুম্বা মফমদা লৈপাক হোগারক্লুনা পোং-শক অসি মথকতা কাপখৎলকই অমস্তুং চেম্থিক্লুনা লোকচপ অমদা তুংলমই। মতম অংদদি মসিগী কামবা থোইমা খঙনরমদে। হকচাং চিক থোক্লগা করিগুম্বদা থাও অসি মশাদা তৈশিল্লরমই।

পোলোশিংন্থু জর্জিয়াদগী মখারোমদা পারস্যরোমদা কুমথরক্রমই পারস্যগী লম্বেলদা লাকপদা মখোয় ময়াম অরাবা কয়া মায়োক্লবা তারম্মী।

বাগদাদকি কৈথেলদা মতম অত্তুদা পৃথিবীগী অতোপ অতোপ্পা দেশতগী মুক্তা য়াম্না পুরক্লবম্মী, অমস্তুং পার্সিয়ান গলফ্‌কি মশাদা টাইগ্রীস তুরেলগী মচিন্দা মতম অত্তুদা পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাওবা মুক্তা ফংলম্মী। মার্কো পোলোনা কুবলাইখাঁদা কৎনবা মমল য়াম্নবা মুক্তা পরেং অনিখক লৈরমই। অত্তুবু মখোয়না মফম অসিদগী পার্সিয়ান গলফ্‌ লম্বোক্লগা কেরমেন সহর চৎপগী লম্বীদা ডাকু খুপু অমখক্কী মখুত্তা তাত্তুনা মখোয়গী মমল য়াম্নবা পোৎ ময়াম মাংখিরম্মী। ডাকু-শিংন্থুগী মখুত্তা মী থরম্থু শিখিরম্মী। ময়ামন্থুগী মথক্তা মখোয়গী চাক থোংনবা মীনাই কুল্লাউ মফম মরাং খঙখিদ্রে।. অত্তুবু মফম অত্তুগী নিংথৌনা কুবলাইখাঁগী মীনি হায়বা তাবদগী মখোয়দা মতেং য়াম্না পীরিরম্মী।

হন্দক্তি মখোয় ময়াম সহর অসি লাম্বোক্লগা কাবিসক্তি মরুভূমি য়ৌরম্মী। অত্তুগী মুমিং তরেৎনি চুপ্পা মরুভূমিদা চৎলমই। কাবিসকি মরুভূমিগী থুমগী মরুভূমিনি হায়বা য়াই। চৎনা চৎনা মাইকৈ মরিদা ঙৌরোক ঙৌনা থুমগী চীংন্থম খিন্দুনা লৈবা উরম্মী। কাবিসকি মশাদা কোহিস্যামগী চীংশাং পরেং লৈ। চীং অসিগী মচি মচি খুদিংদা তুরেল, খোংনচিংবদা ফংবা খনিগী পোৎশিং অসি অতৈ মফমদা য়াম্না তাঙনা ফংবা ঙাক্তনি। মফম অসিদগী মুমিং খরনিগী লম্বেল লাম্বোক্লগা খোরাশানগী মরুভূমি তাগদৌরিবনি। মাইল য়াংখৈমুক শাংবা মরুভূমিনি। মত্তুগী মন্থুংদা অপিকপা অচৌবা চীং কয়া অত্তুগা, ওয়াখৈ কংনা শন্দোকখিবা লৈঙোই লৈপুং লৈরবনি। মুমিং তরুক মসি লাম্বোকপদা, তরেৎনি-চংগনি। অত্তুদগী নিশাপুরগী শহর থেংনগনি

নিশাপুর হায়বসি উইস্তীদমক্তা মফিং চংলি। নিশাপুরগী মথক্তা নোংপোক পাংবদা চুমত্রিং চংকদৌরিবনি। আফগানিস্থানগী অমাং গুমখৈদা লৈবা বাল্খ, বালাশা লাম্থোক্লপা হিন্দুকুশ অমসুং কারাকোরম চীংশাং নাপোম লাম্থোক্তুনা আরল সাগরদগী চেন্থখকপা ফাওরবা তুরেল আমুগী মনাক্তা, পামীর, কাশগড়, য়ারকন্দনচিংবা সহর মচা কয়াগী মরক্তা খুঙং, তুরেল, লৈকংলা কয়া লাম্থোক্তুনা চংকদৌরিবনি মার্কোখোয়গী কাংবু অদু।

কাশগড়, য়ারকন্দ, খোঠনে, পিয়েন অমসুং চেরচেন মতম অদুদা সিংকীয়াং লৈবাক্কী মনুং চল্লম্মী। মখোয়শিংগী মখাদা তিব্বতকিনা হেক মথক্তা কারাকোবাম অমসুং কিউনলুন চীংশাং পাক্লা শন্দোকখ্রি অদুগা মদুগী মথক্তা তিয়াংশান চীংশাং লৈরি। টৈরিম তুরেলনা মফম অসি য়ৌরকপদা মশা মশা থাইদোকতুনা সিংকীয়াংলোমদা চেনশিনখি। অদুগা মসিগী ময়াইদনা পাক চাওরবা মরুভূমিনি। করিগুম্বা মওং অমদা মরুভুমি অসিবু লাম্থোকপবদি মার্কোগী কাংবু অদু চীন লৈবাক্কী মশাদা থুংলুগ দৌরিবনি। চীনাগী ফাওরবা গ্রেট-ৱাল মফম অসিদগী য়াম্না লাপত্রে। ময়াম অসি মতম অদুদা নিংথৌ রেল কুবলাইখাংগী লম মনুং চল্লমই।

পিয়েনদগী চেরচেন কোবা মফম অমা য়ৌরকপা মতমদা মফম অদুগী তুরেলদগী জেসপর কোবা মুঙ মথল অমা ফংলমই। রাশিয়া, চীনা, মাঞ্চুরিয়ানচিংবা দেশশিংগী গোবি লাম্থোক্লপা তাক্লামাকান লাম্থোক্লগা, কনা কমাগুম্বনা খুদোংথিবমরক্তা মুঙ অসি খুনবা লাক্লে মফম অসিদা অমসুং করিগুম্বদা শিরুম নাক্লম তৌনা থুংলরবদু হুন-খিবদি ওয়াদে। লৈকংলাগী মশাদা মমল য়াম্লবা মণিমুক্তা হুদোক্লগা অশিবগী থাম্লাত্তা চংথি। অদুমকতদা মীওইবগী মীহৌবা, ইনাক খুলিংবগী ময়াইনা মখোয়বু মফম অসি তানা তিন্নুনা পুরকই। মুঙ অসিগী মিহৌবলা মীওই কয়া মথম্লায় মাংখ্রসগে হায়বদু মশীং খিবা

ওঙ্বা নত্তে। হুজিকম্ পোখ্খাফম খঙত্রব। আত্মাশিংছু মরুভূমিশিংগী মশাদা কোইপায় পাইহুনা লৈরি হায়নৈ, অমসুং থিবা জেসপর লাকপা মীওইশিংদা মখল মখলগী অকিবা পোকহল্লি— মহুনা লম্মাংনহুনা অয়াম্বা মতমদা মনি মুক্তা থিবা মী কয়া কংহুনা শিখি মরুভূমিগীমশাদা!

মরুভূমিগী মশাতগী ওইবা অঙকপা মপুন্সি অমা লৈজে। পিক্লবা মীওইবনা পাক চাওরবা ঙমখৈ উবা ফংত্রবা লমহাংসিদা মশাসি হিংলিবনিকো হায়বসি খঙ্গবা ঙম্লকতে। মশামক মাংশ্রবগুম খল্লকই। মপুক্লিংদা মখোয়শিং অসিনা য়োৎশ্রগদবগুম খল্লকই! মথন্ত চৎপা মীওইশিংগী মফমদদি মসি খাংহুনা লৈবা ঙমদে! মরম অহুনা কাংবু কাংবু হৌহুনা মরুভূমি লাম্থোকনৈ।

শাংলবা মরুগী লম্বেল লাম্হোরক্লবা মতুংদদি মার্কোগী কাংবু অহু হৈনিংবা পোক্তে। ময়াম পুম্নমক ইতন তম্থনরে। ময়ামহুদা থোংগৎপা ওইনা মার্কোনা হায়খি, "হিংহুনা লৈবা তারবদি অরা অনা থেংনবা তাই, হকচাং পোকচিম্বা : পুক্লিং মুংঙাইতবদি মুতিগী থোক্লিবনি অহুবু কোইবদগী হেম্না মুতিগী অনৌবা মুংঙাইবা পীবা অমা অমুক লৈরিবরা? চৎলু, য়েংউ, পোত্থাও, চাও, তুম্মু,. অমুক চৎলু। মসিদগী হেম্না অমুক তমগদবা করিবু লৈরিবগে! অচঙবা ভু গালনা নংগী নমাংমকতদা মাগী অঙকপা লিচিংহু মুমিৎ খুদিংগী য়েংহল্লি।"

মুটো হায়বা মফমদগী মাইল খর লাক্লগা কামপিয়োনগী লম্বেলদা নিংথৌরেলগী কাংবুগা মখোয়গা থেংনরম্মী। নিংথৌগী মীশিংহুগী শেৎ চারিবা ফিজেত্তু উরুবদা মার্কোদি পূমঙক ঙকশ্লে। মসিদগী হৌনা নিংথৌরেল কুবলাইখাঁগী মরমদা মানা খঙনিংবসি হেঙ্গৎলক্লমই।

চৈনগী গ্রেট ৱাল হেন্দোকতুনা মখোয় ময়াম কিপিংফুগী মনাক ৱৌরক্লম্মী। নিংথৌরেলগী কোমুং অহুপকি মতিক নকশিলক্লিবমখৈগী মার্কোগী পুক্লিং চেঙ্গুম চেঙ্গানবা হেজ্জৎলমই। মহাক্না হঞ্জিন হঞ্জিন খল্লকই,

অতকপগা লোইরবা মিংখিরবা মহৈর অমি শাগৎবা, পত্রক চাওরবা ওরকৈলা মাগী লৈবাক ওইবা, অতকপা রাখল চেনা মীওই অমিগী মমুমহুনা করি অমুক তৌরমগনৌবিবা অমসুং মীওই অমুমক কনলো-রমগনবা !

মতম কুইরবগী ভুদ্দা পোলো ময়াম্মা অমুক লাকপসিদা নিংথৌরেল য়াম্না হরাওরমই। ইকুইকুইদনা মার্কো পোলোবু মাগী কম্মাইবা অমা হাপলমই। মার্কোদি পীক্লিঙৈদগী হৌনা মীওইবগী অফ ফত্ত য়াম্না উগলমই। লৈবাক্কী লম্বী থোং শেম্বা, মীথুংফম ধর্মশালা শাবা, অরাং অপা য়েংশিনবনচিংবা হিরম খুদিংমক্তা মপুক্লিং থিংজিনবগীদমক্তা প্রজা-শিংনা মাগী মমিং শরু-শোমহৌরমই— অরাপ্পা লমশিংদসু মাগী মিংচৎ শন্দোক্লমই। মাগী মমিং চৎপ.সিগা লোয়ননা মাবু কননকপা মীশিংসু হেঙ্গৎলক্লমই। রাজসভাদসু মন্ত্রী খরনা মাগী অচেংবা ভাইহনা লৈরমই। অস্মা লৈরিঙৈগা নোংমদি মা র্কানা মী কাংবু অমা ফাহনা পুরক্লমই। মখোয়শিং অসিনা মী হা ত্তাক্লগা মশা শেৎহুনা চারস্বদগী কারকপনি। অদুবু লৈবাকসিগী মীপুম খুদিংমক্তা মখোয়বু ভূত প্রেত শাম্নবা, মীপোক মীহিংবা ওম্বনি হায়দুনা য়াম্না কিনবদগী মখোয়না তৌনিংবদা তৌহনা লৈরমই। নিংথৌ রল ফাওবনা কিরমই। মা:র্কাগী থৌওং অসিদা তাওলুং কৌবা মন্ত্রা অমনা মাগী মথক্তা রাকৎলমই। মসিদা নিংথৌগী ম্রাথং মতুংইন্না মার্কোনা ভূত শাম্নবা মীওইশিংহদা মন্ত্রনা মী অমা হাং.ত্তোক্লগা অমুক হিংহনহল্লু হায়রমই। অদুগা করিগুম্বা মদু ওমত্রবদি অমুক হন্না কনবা থবক অদু তৌবা য়াক্লোই হায়নসু ভাক্লমই। শিকল থোরবা বন্দী অমা পুথোক্ত.না চাং রোংহদা কনামত্তা ওমত্রে। অদুবু তাওলুং হায়রিবা বন্দী অদুনা মহুংদা লোয়া শীন্নুনা বন্দী অদুনা হ 'পীরগে তৌরমই। অমাং অসিমীদমক্তা তাওলুংবু মতম শাংনা জেলদা কমখিরমই। অদুনা মার্কোনা লৈবাক অসিদা লৈরম্বা ফত্রবা চৎনবী অদু কোকহনখিরমই।

চহি নিপাল বন্দী থমলুরবা মতুংদা তাওলুংবু নিংথৌরেলনা মাগী মরম চোরানবেনেদা তাম্থোকখিরমই। মতম অতুদা কিয়াংনান লৈবাক্তা মার্কোনা গবর্ণর ওইরমই। চোরানবেনেগী নিংথৌগী সনাপতি ওইতুনা তাওলুংনা মার্কোগী মথক্তা লমন খুম্নবা লান্দারমই। অতুবু মার্কোগী মরাইবকতি থম্বাল শাংপনি। লাম্মী ময়াম পুতুনা ইয়াং নিংচৌংলোমদা হায়গৎলগা মহাক্না টাকিং তুরেল খোংবান্দা লানবন শারমই।

সোমদা তাওলুংনা লোম্না লাক্তুনা টাকিং তুরেল লাম্থোক্লগা লোম্না পাও লৌবা মী অমা থারক্লমই। অতুবু তাওলুংগী চুত অতুনা বিশ্বাসঘাতককি থবক তৌরম্বদগী মাগী থৌশিল লোইনা কায়রমই। মার্কোগী লানবন থিনবা থারক্লিবা মী অতু কেরমেনগী লম্বেলদা ডাকুনা ফাখিবা মার্কোগী মীনায় কুল্লাউনি। ডাকুশিংতুনা মাবু সিনকিয়াংগী মীনায় ললোনবা কাংবুদা য়োম্থোকখি। সিনকিয়াংদগী কোকোনর অমসুং কোকোনরদগী মথং মথং চোরানবেনেগী নিংথৌগী লাম্মী ওইনা চংখি। মসিগী মতুংদগীদি ওইবা হৌনবা অতু অতুম্মক ওইরে। কুল্লাউনা মার্কোদা চংজরে। লান্দা তাওলুংবু ফাতুনা পুরক্লে। নিংথৌরেলগী মফমদা পাউ অসি হায়না য়ৌখিরমই। মহাক্না তাওলুংবু ময়ামগী মমাংমক্তা ফাঁসি তৌহল্লমই।

অমুম্না নিংথৌরেল কুবলাইথাগী অচানবা ফম্নাইবা অমা ওইনা মতম কুইনা লৈরবা মতুংদা মার্কোনা নোংমদি মরৈবাক্তা হঞ্জগে হায়না নিংথৌদা হায়জরমই। মার্কোগী মচিন্দগী রা অতু নিংথৌদা ইখঙ খঙহৌদনা ত্রজ তাবগুম থোক্লমই অমসুং রা অসি অচুম্বনি হায় বসিমক থাজবা পোক্লে। মাগী রাতু তারগা নিংথৌরেলনা হায়রকই— অহল ওইরবা নিংথৌ ঐবু ছন্দোক্লম্লগা কদায়দা চৎকদৌরিবনো? মসিদি নখোয়গী লৈবাক নত্রবরা?

নিংথৌরেলগী রাস্থ তাকনা মার্কোহু মপি কয়া চেল্লেগা অহাক অমুক রা মমা তাবা ওময়ক্রে। অমুম্না মতম খর্ব লৈরবা মহুংদা পোলো ময়াম মরৈবাক্তা হননবগী খুন্দোংচাবা অমম ফংলমই। পাহরগী আরগনর্থাগীদমক্তা রাণী ওইনা মশক মতৌ ফজবী কোগাতিন কৌবী লৈশাবী মচা অমা কুবলাইর্খানা থাগদবগী হোংনরমই। অহুবু ঈশিং লম্বেলদা ঙাক শেনবিনবদি মার্ক্রো পোলো নত্তনা থাজবা য়াবা মীশক লৈতবনিনা মঙোন্দা চংনবা য়াথং পীরমই। হন্দক্কী খোংফম অসিদা পোলো ময়াম ময়ুমদা হন্নবা শেমশাগ্রে। চংলমদাইগী মতমদা মার্কোনা নিংথৌরেলদা চংনবী মতুং ইম্না খুউ লৈতানা থুকম্লমই। নিংথৌরেলনা মাবু তনকোন কোনখৎলমই। পাক চাওরবা তাতার লৈবাক্কী তোমথিন ঙাম্বা মপু নিংথৌরেল কুবলাইর্খাগী থম্মোয়মুংদা মার্কোগী চংজফম লৈরে, মসিদগী হেন্না চাওথোকচনিঙাই অমা লৈরমথিগদবা? জাহাজ থাগ্রবা মতমদা নিংথৌরেল ডম্বুব মমুংদগী থোরকতুনা তোর্ব্বান ময়াদা লেপ্লমই। রা ঙাংদে, তুমিন্না লেপ্তুনা য়েংই, নীংবা কায়রবগী মায়থোংনি— মায়থোং অহুদা অপাম্নবা য়েংবা ঙমদ্রে। মহাক্কী মতুংদনা মী লিশিং অনি অহুম লেপ্পি।

মতম কুইনগী তুংদা মার্কোখোয়গী জাহাজ অহু ভেনিসকী হিথাংফমদা থুংলরমই। মসিগী মতুংদগীদি ভেনিসতা মখোয়গী লেমহৌরিবা পুন্সিদো য়াম্না মুঙাইনা লেনখিরমই। তাতার লৈবাক্তা লৈরিঙৈদা তানখিবা সনা লুপা মণি-মুক্তাশিংহু মরক মরক্তা মার্কোনা মমাম্নবশিংদা য়েংহল্লি। মহু উবদা মখোয়শিংহুনা থক্কংখিহুনা হংই— মসিগী মমল কয়ামুক ওইবা য়াই মার্কো? রাহং অহুদা মার্কোনা খুমই— মসিগী মমল চপচাবী কোটি কয়া ওইগদগে হায়বা ঙমদে! অহুমকপু ঐখোয়গী ইরৈবাক, পোক্লফম লমদমদগীদি মসিগী মমলনা য়াম্না হল্লে।

মার্কো পোলোনা চীংথুম অমুক য়াংনা পৈরিবা মণি-মুক্তা অচু ওংখায়দুনা শাম্নরমই অঙ্গুগা মপুক্লিংদনা মতিক মগুণ চাওরবা তাতার নিংথৌরেল কুবলাইখাঁগী মরমদা থল্লম্মী।

---

# উইল্লিয়ম সেক্সপিয়ার

শ্রীকাংজম পদ্মকুমার সিংহ

উইল্লিয়ম সেক্সপিয়ার ১৫৬৪ ইংদা ষ্ট্রাটফোর্ড ওন-এভান কৌবা অপীকপা সহরমচা অমাদা পোকখি। নৌনা লায়র চৈথেং নংবগা অহুগী মথক্তা পুন্সিগী অচাওবম তাম্নিংবগী অপাম্বা অমা লৈবগা মপা-মপা ওইহনা ময়ুম থাদোক্তুনা লণ্ডন সহরদা চহি মঙা-তরুক লৈখি। মতম অসিদা মহাক চহি কুননিপাল শুয়ে। লীলা য়াওবা মী কাংবু অমগা ত্তিন্নহনা মগী মমিং লৈবাক্তা খঙনবা হৌরকখি।



মহাক্তি অরাংবা বিশ্ববিদ্যালয়গী শিক্ষা ফংখিদে। মাগী হায়ববু পীথোরকপা মশাগী মগুণ অমদি লীলা য়াওবদা নোংমা নোংমগী ফংগুকপা জ্ঞান অসিনি।

কলাগী লমজিং তত্ব মশাগী লিংবা মীশক নত্তে। অহুবু মাগী মতমগী থাংলবা খোঙথাংদি উবা মীনি। ব্রিটিশ জাতিগী থম্মোয়দা মরৈবাক মুংশিবগী ঈথক লাকপা উবদা মহাক্না ইতিহাসতা লীলাগী মচাক থিখি। নিংথৌ হেনরী সিক্সতগী মতাং কয়া, জোন ওফ আর্ককী ওক্না থোক্লবা পুন্সিগী শিন্থা অমদি প্রজাগী লালহৌদা ইংলিসকী অমাঙবা অসিনচিংবা কয়া লীলা ওইনা পুথোক্তুনা ভাবকশিংগী থম্মোয় কাখি।

সেক্সপিয়ারনা চঙবা ওমদবা মকম লৈত্তে। টোমাস ক্যেড অমদি খৃষ্টোফর মার্লোনা অকি-অথং, লমন খুম্বানচিংবা পুন্সিগী অন্নাবা মায়কৈ অসোমদা মায়পাক্লকপা উবদা মহাক্না ইথি—'টিতস্

এণ্ড্রোনিকস'। লৈবাক্তা উথি মহাক্কী লৈহাও চেক্লবা কম্লনাগী শক্তি। মওোন্দা সাধারন ভাবক্তা য়াবগী মথক্তা অখণ্ড অচৈশিংনা কাওবা লৌখৎহন্নিংবগী অরাওবা আশা লৈ। লিলিগী (Lyly) য়াথল চেনবা য়ায়ী-য়াতাই মশানা মওোন্দা মৈথৌ অমা হাপ্তুনা মহাক্তা ইথি—"লবস লেবর লোষ্ট"। চিলহাউথিবা মীনা ইরিবা হীরমস্তু অঙ্গগা মাগী ষ্টাইলস্তু য়াথি।

অস্তুম্না সেক্সপিয়রগা শীঙ্নবা গ্রীন্নচিংবা লীলা ইবা মীশিংনা উথি—মখোয়গী মায়োক্তা লেপ্লিবা মুপা অসি মাগী মশিনগী মশা-মরেং খুদিংদা হয়োদা য়োবা, অদুগা মানা শোকউবা খুদিংদা লৈবাক্তা য়াবা মগুণ লৈবা মীওংনি। মুংশি-মুংওোলগী হীরমদা মহাক্তা ইথি—'ডি টু জেন্তলমেন ওফ ভেরোনা'। গ্রীননা ওক্তা য়েংথি। বিশ্ববিদ্যালয়গী অরাংবা শিক্ষা কংদবা লীলা ইবা মীনি, অদুবু মহাক্তা ইথোরকপা পুন্নমক প'ণ্ডতকুম চওখোল্লি। কনানস্তু মহাকপু সংস্কৃতি য়াওদবা মীনি হায়নথিদে। মাগী কজবা ষ্টাইল অমদি ভাবদা মুংশিরবা নিংতম্বা শৈয়েংগী স্বরনা ভাবক্কী খম্নোয় ওক্কাৎলম্মী।

লীলাগী পুক্সিদা অহানবা মতাং ১৫৯২ ১৬০১ ইং—গ্রীন্নচিংবা কাণ্ড্বু অমনা হুপ্পরবস্তু, লৈবাক্তা সেক্সপিয়রবু মচু তাবা অয়ংবা কবিনি হায়না খাগৎনথি। ময়মদি মহাক্তা কোঙ্থি "ভেনস্ অমস্তুং এডোনিস" অমস্তুং "দি রেপ ওফ লুক্রেসি"। অমনা, চৈগারকপা মতাংগা খোকপগা সোথাপৎতোনগী আর্লগা মরুপ ওইবা কংলুনা মতিকচাবা সম্মান কংজখি। মতম অদুদা লৈবাক্তা মশক খঙবা লীলাগী মীকোক খরস্তু লোইনা শিথিবা মতাং খোকই। ১৫৯২ ইংদা গ্রীন লৈখিদে; মার্লোনানা ওক্লকপা চহিদা টোমাস ক্যেডস্তু ১৫৯৪ ইংদা থুপখি। লোজ্ও অমস্তুং লিলনা লীলা ইবা খাদোকখি। মৌলিক কথাস্তু সেক্সপিয়রগী মমাঙদা চোংথোকপিনবা লৈখিদে।

অমুম্না চহি তরুক তরেৎথি য়েৎপিনিংডাই লৈত্রবা, মথন্তা ভায়রবা ইংলিস ড্রামাগী মপু ওইনা মহাক্না উৱোং খিনখি।

১৫৯৮ ইংদগী সেক্সপিয়ারগী মমিং শেং কায়না চৎপা হৌখি। মেয়াস' কৌবা বিশ্ববিদ্যালয়গী পণ্ডিত অমনা মহাকপু লুত্তোন য়েৌনা থাজৎখি। মতাং অসিদানি সেক্সপিয়ারগী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিং, মিডসম্মর নাইটস্ ড্রিম্, রোমিও এণ্ড জুলিয়েত অমসুং 'মুংশি মুংঙোল, কাগি-জুগায়না থম্লবা জুংঙাইবনা পোম্লোক্তনবা লীলা কয়া মথং মথং পুথোকখিবা। মীগী মতৌ তম্বা তোক্কনা মশা মথন্তগী মওঙপদা লেপ্পা হৌরকপম্ব মতমসিগীনি। মাগী রিচার্ড থার্ড অমদি রিচার্ড সেকেণ্ড কাওবদি মার্লোনাগী মনম কজনা চঙই। চরিত্র য়েকপদা মশাগী নমুনা অমা পুথোকপা, মশাগী রাথলগী থুত্তুংইনবা অসিনা মার্লোনাদগী হেন্দোক খোইদোকপা অমসু ওইরি। মাগী হেনরী ফোর্থ অমসুং হেনরী ফিপ্থ ইংলিস ইতিহাসগী অগল্লা শক্তিনা থম্লবা খুৎশেমনি। নোকনিংবা, অরাবা অমদি অরাং-অমসুং থা-মেক অনিগুম থেম্নবা কোলষ্টাফ, প্রিন্স ওফ বেলস মীশক কয়ানা তিন্নবা মাগী লীলা কয়ানা মহাক হৌজিক মপুং কানা মীগী মতৌ তম্নবা মীশক অমা ওইরে হায়বা উৎলি। মাগী 'রোমিও এণ্ড জুলিয়েট' মরনাই রাথলগী মপোৎনি—মমাঙদা থোকখিবা লীলা অমতগী মমি তাদে। শৈদাদা, অরা-মুংশিগী পম্বেংদা কনাগী মিপান তাংঙবা লৈত্তে।

মাগী মমাবা লীলাইবশিংনা সেক্সপিয়ারবু পনবদা 'মুংশিরবা' 'হৈ-শিংলবা', 'তম্লবা' হায়বা মিংথোল কয়ানা মাওথাই। মাসিনা তাকপদি মথোয় মথোয়না ইবদগীদি মহাক্না ইবনা হেন্না মাগী অথোয়বা মওঙগী খুৎকম তাবননি। তিঙদা পানবা, পূকলি তিংনা নোকনিংবা কয়েম-কথায়নবা অমসুং কজবা অসিনা তিন্নবা লীলা পরেং অমা মহাক্না পুথোকখি—'দি মার্চেন্ত ওফ ভেনিছ', 'মচ

এদো অবাওট নথিং,' 'এজ ইউ লাইক ইট' অমস্তুং 'ত্বয়েলফথ নাইট'।

১৬০১-১৬০৮ ইং কাওবগী মতাং— ১৬০১ দা সেক্সপিয়রগী মপা লোইরাখি। রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা মাগী মরুপ মরায় চায়থখি অমস্তুং বন্দি ওইখি। মরুপ-মপাং অমদগীসু লোতুনবগী লাংদা থুক্রনা থম্মোয়গী অশাবা থোংনখি। নহা ওইবগী নুংঙাইবা তাইবং থাদোক্লনা অরাবা পুন্সি হৌখি। মংগী লীলাসু অরাবনা পোলোইনরুনা মথং মথং পুখোরকখি—হেমলেট (১৬০২ ইং), ওথেল্লো (১৬০৪ ইং), কিং লিয়ার (১৬০৫-৬ ইং) মেকবেথ (১৬০৭ ইং) টাইমন ওফ য়েথেন্স (১৬০৭ ইং), নুংঙাইবনা পোলোইনরবসু পুন্সি অরাবগী থোদোক্না থরবা 'মেজর ফোর মেজর' (১৬০৩ ইং) অমস্তুং ট্রোইলস এণ্ড ক্রেসিডা (চহি লেপ্পা ওমদে)।

শিবা অমস্তুং অয়োইবা লীলা: ১৬০৮ ইং মথাগী চহি ৪৫-ওয়রকপা মতমদা হায়রা চথরক্লিবা নুংশি থওদবা, অচৌবা মরাল অমদি মীহাৎ-মীতুপকী মরমদা নৈনরম্বা অত্থু থাদোকখে। কাক কাক লোকলয়া মাগী পুকচেল হৌজিক্তি ইংনা মোমোন লোকপা হৌয়ে। মতমসিদ় মহাক্না ইখি—পেরিক্লস (১৬০৮ ইং), ছ্বেলিন, (১৬১০ ইং), ডি উইন্টরস তেল অমস্তুং ডি তেম্পেষ্ট (১৬১১)। লীলাশিং অসি মাগী থাইদগী অথোইবনি হায়না লৌনৈ। মাগী পোকফম সহরদা হলক্লনা চহি তরা ঈংনা লৈরগা ১৬১৬ ইংদা অচৌবা লুপা আ[illegible] শিখি।




লোইরবা।

